পাবুং
ঐ হিংলি
নঙবু মীৎকুপ 'মত কাউবলৈত

—নচা

# পিকনিক পিকনিক



ভী আই পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল

# PICNIC PICNIC

a collection of Seventeen Short Stories in Manipuri

by : Lamabam Viramani




অনীশুবা

ভী, আই, পব্লিকেসন



---

অহানবা খুৎনম : মে, ১৯৮০ ইং

অনীশুবা খুৎনম : লমাবম ঙানবা সিংহনা

ভী, আই, পব্লিকেসন্সকীদমক

পদ্মা প্রিন্টরস, ইম্ফালদা নম্লগা

জুলাই, ১৯৯১ ইংদা ইম্ফালদা ফোঙবা।



মখুমগী লাই : প্রেমানন্দ রোই।

অহানবা খুৎনমগী মখুমগী লাই : লুখোয়া

ব্লোক শাবা : দয়া প্রোসেস এনগ্রেভরস

অমসুং এন, মঙ্গি সিংহ।

মমল : লুপা কুন।

**পিকনিক পিকনিক** ৱারীমচা তরাতরেত য়াওবা ছাপা তৌতুনা ফোঙবা ঐগী অহানবা লাইরিক্নি। অহানবা খুৎনম ইং ১৯৮০ দা পুথোকখি। মতম কুইনা লাইরিক অসি ফংলুদ্রে।

অহানবা খুৎনম অতু ইশাগী চেকশিন্দবা অমসুং হৈজদবনা মরম ওইতুনা বনান য়াম্না লানথ্রে। মওং চানা নমদবদগী পাবা মুংঙাইতবা কয়াসু য়াওথ্রে। মতুগীদমক পা!বিরিবা পুম্নমক্না ঙাকপিগনি।

হন্দক্কী খুৎনম অসিদা বনানগী চাং অমা থম্নবা শ্রীয়ুমলেম্বম ইবোমচানা লাইরিক অসি মকোক্তগী লোইবা ফাওবা পাবি, প্রুফ ফাওবা লৌবি। পদ্মা প্রিন্টরসকী ইচিন-ইনাওশিংনা প্রিন্ট ফজনবা থরায় য়াওনা হোৎনবি। পুম্নমক্কী লমন তোনশিঞ্জরবনি।

**পিকনিক পিকনিক** অনীশুবা খুৎনম খ্বাইগী খুৎতা অমুক্কা শিন্নজরি।

জুলাই ১১, ১৯৯১ ইং। অইবা

# পিকনিক পিকনিক

# পিকনিক

অচীকপদা, নারক্তা, লোকয়াদা মুপা-মুপী জুরা-জুরা চৎপা মখৈ চৎলুরগা. কোয়বা মখৈ কোয়রুরগা, মনাকমক্তদা ঈশৈ হৌনা শক্কুনা, ঙাঙনীংবা রাহৈ ঙাঙতুনা জগোই শাতুনা নিল খোংলিবা মবুংঙো মবেম্মা ময়ামগী মীনোক মীখেখোলদু তারগা অহল ওইরবা তোম্বা শাউনিংবনা মথম্মোয়দু প্রোক প্রোক চাল্লম্মী।

—ব্লাডি ওল্ডমেন! হৌজিক ফাওবা লোইদ্রি

খুমনীংখি অয়াকপা রাহৈনা—ঐস্সু মীনিনে মী

খুমদি খুমখিদে।

—ভেরী ভেরী সোরি, ঐখোয় তাতোম্ববু কাউথোকলুরে

—য়েস, মহাকপুস্সু মুংঙাইহল্লু

এসিষ্টেন্ট মেনেজরনা

হাইরং-হাইরং হুইসকি থম্না য়াঙবা গ্লাস অমা পায়রতুনা

চঙশিল্লকই। চুম্না থাংবা ঙমত্রবা মখোঙত্থনা ইরোনবা হাপ্না পাত্রত্থদা তুশিল্লে। খরস্থ হৈদোকত্ত্রে।

—থীদৈবা কনানো লম্বী থিংলিবা

ময়াম ব্রা লাউনা নোকই।

শাউদে মহাকস্থ ফিভম কায়বা মখে নোক্লত্থনা হৌগৎলকই।

—ঐ তৌজরোই বাবু। ঐ তৌজরোই

—নো নো মীনাইদি মপুনা হায়বা ইনদৌনি। ওদর ইজ ওদর

মরোল থোক্ত্রে, শাউনিংবত্থ খাচিক্লুনা খাঙই। হিক্তোকপা ঙমদে। মবুঙোগী য়াথংনি।

—মীনাই ঙইক্লরবনিনা মপুনা য়ানবা চৎপা তাবনি। ঙসি মুপীনা য়ুমগী মুপা হুন্দোক্লমলগা অতোপ্পা মুপাগা লমহাংসিদা লাক্লিবসি মখোয়না চানবিনবা মুংশিবিনবনি। তাদস্থ নত্ত্রনে ? পাম্বা পামদবা লাকলবনিনা য়াওশিনবা তাইদনা।

ইবেমহলনা ঙৈহাক্তী মমাঙদা হায়রম্বা ব্রাহৈ অত্থ নীংশিংলকই। খোঞ্জেল অত্থ ইফাই ফাইরত্থনা ইবেমহলনা তোম্বা য়েংত্থনা অমুক্কস্থ হায়রকই

—লৌশিল্লু তাতোম্বা। ঙসি মুংঙাইবা মুমিৎনি, গৌহাটিদগী জেনেরেল মেনেজর ঐখোয়গী নাক্তা লেঙশিনবীরি। মহাক্না হরাওনা মুঙাইনা চৎখিবা হায়বসে ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।

অমুক খম্বক্লত্রে, গ্রাসতু থীন্দনা লৌরগা মমীৎ চেজ্জেৎ উইশিন্দুনা থকচিল্লি। রা ঙাঙদে।

—মহাক্না মুংঙাইনা চংখিবা হায়বসে ঐখোয়গী লাইবক ফবনি

নীংশিংলুরগা নোকই মপূক্লীংদা। মচীন্দনা লাউরকই, হৌনা নোকপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা

—মুংঙাইরে! মুংঙাইরে!

অমুক্তং কন্না খোদেমখি, অতুগা কন্থীথোক্লা মতিন শিংখি। মুঙ ওল্লবা চীংগী লৈবাক্লা চুপশিনবা ঙমখিদে।

—ওদর ইজ ওদর! ওদর ইজ ওদর!

ঙংতুনা লৈরে মনাকোংদা। মখুত্তি লেপ্পে। চাক থিনবা শেম শারম্মি। লা থাবতা মঙাইরি, হাইরং হাইরং মখোয় ঙম্মা চঙশিল্লক্লে। মবুংঙোগীদমক কৈল্যানীনা নীংথিজনা শেম শারে। তোম্বনা চাক হেক হাপথবগা য়েঙ্খাং হাপ্পা নংদনা চাকলুক মমাঙদা ফমথররে। চীন্দদি ফজনৈ, ব্যবহার কায়নদে—সোমদা, সোমদা, তপ্পা তপ্পা। অতুগা হাপথত্রিঙৈ য়েঙ্খাংতু কোৎ-কোত্তুনা থাংগৎ থাংগত্তুনা হৈথবা হৌরকই। চারমদাই ঙৈহাক্তু ইরাঙ লাঙই। চাবা হৌগৎলকপদা ইচিক অমুক চিকই। পুক্তা খর-খর হেক তান-খিবদগীদি কুইদে নিল খোংবা অমুক হৌরক্লে। কৈল্যানীনা তুরোই ঙায়োই চংখিতুনা রেকোর্ড হৌনা খোংগৎলকই। হিদাক্লা মশা ঙাকচবা ঙমদ্রবা মেনেজর জগোই শাগে হায়তুনা হৌগৎ-লকপদা মনাক্তা চাক কন্না তুক্লিবী বিমলাগী চাকলুক্তা তুশিল্লে। মশাতু ইতৈ তৈরে। বিমলানা হৌগৎকে হায়তুনা লেপথৎপদা মাবুসু হিদাক্লা নমথুরে। মেনেজরগী মথক্তা তুশিল্লম্মী। কূম্মৈনি। ময়ামদি হৌনা নোকলকই, মথং মথং হৌগৎমরকই। জগোই শারকই। ইবেতোনসু ময়াম্না তৌনরিবতু য়াঙগে হায়তুনা হৌগৎলকপদা চেকশিনহৌত্রবা মফনেক্তু নানথখোকপ্রে। কূম্মৈনি

কূম্মে, পুন্নমক্ত কূম্মেনি। কালাচান্দনা ফনেক্ত লাক্ত্না চেনখ্রে। ইনফিত্নুনা পেদিকোৎ মথক্তা য়েৎশিল্লগা তাম্নখি ইবেতোনস্নু। কোইচেন্স চেল্লি কোইতান তাম্মে তুশিনমিনৈ। অমুক হৌগৎলি—শা-ষণনা লোইচেন্নবগুম। ময়াম খুবাক খুই, নোকই। জুরা জুরা হুইনা য়েন্না শরাক তম্নবগুম, অঙাংশিংনা কৈয়েন শাম্নবগুম চাক য়েঙ্খাং মরক্তুদা লাক্লা ফাম্নত্নুনা শাম্নে।

তোম্বদি য়াওদে, হিদাক্তি মাস্নু খরা হেনজিনখ্রে। মপূক কায়বা মখৈ চায়। কূম্মেত্নু উদে, উস্নু উনিংদে। মমায় খজিক্তুং লৈথোকলুবদা মশেন মরাং ওইনা লাপতক্লা মুঙজাও অমগী মরুমদা অঙাং অনীখক লেপ্তুনা লৈবত্নু উরম্মী। মঙোন্দা শীং থিত্নুনা লৈরুগদবা, হোনগৎকদবগী অরাবত্নু কোকহনখিবা অঙাং অনীত্নু খংনীং নীংশিংলকই। মানা হায়খি—ঙৈহাক লৈরগা লাকউ, য়েন থোংবা পীজগনি।

ঙসাইদগীনি অঙাং অনীত্নুনা কূম্মে য়েংলিবা। মচীন মনাওনি। ঙরাংদগী চাক চারক্তি। অতৈ মুমিৎশিংদা চরা অমা ফাওবা পূক থন্না চাবা ফংদ্রবস্নু, নিংথম থাগী নোংমাইজিং খূদিংগীদি চরা অমদি লেম পানা চাবা ফংই। মরমদি নিংথম থাদা কাংচুপ চীং অসিদা পিকনিক কাঙবু অমা নত্রগা অমদি তত্নুনা লাকই। মখোয়গীদমক্তা মচীন মনাওনা শীং কোকথোং অমমম পাম্নত্নুনা ঙাইগনি। শীং কোকথোংত্নু মমল লৌরগা মখোয়না চাক থোংফম তান্না থিনগনি। মখোয়না করিগুম্বা হায়রক্লবদি মমল লৌরগা পাখোল চৎকনি। চাক চরা অমস্নু মপূক থন্না চাবা ফংগনি।

হেক উবগা তোম্বনা কৌশিল্লি। ইরাং মতা অত্নুদা পাক হেক চঙবদি ঙমদে। কিনা কিনা তপ্না তপ্না চঙলকই। মখোয় অনী উবদা কলাচান্দনা লাউরকই—কনানো?

—ঐনা কৌবনি বাবু মখোয় অনীনা শীংবু পীরমত্রবা ঙসি চাক চাবগী রা লৈতে

তোম্বনা খুমলকই।

—গুড বোই, য়েনথোংবা পুম্নমক পীজথোকখো।

তোম্বনা লা অমদা মখোয়গী চাক য়েঙ্গাং থরা থাইদোক্লম্মী। অঙাং অনীচু তঙক তঙক য়েংচুনা লৈ। ফমথরে। চথোম হুকে হায়চুনা হেক তৌরকপদা লাউরকই

—আইডিয়া! আইডিয়া!

এসিষ্টেন্ট মেনেজরনি, তুরোই ঙারোই চঙশিল্লকই। কন্না লাউমনথিবনা অঙাং অনীচু থংই, চথোম থাদে। কিরচুনা অঙাং অনীচু হৌগৎলকই।

—নো, করিমতা তৌরোই। নবানি চাক লামলে নত্রা? হায়যু নত্রা?

এসিষ্টেন্ট মেনেজরনা হংলকই। খুমদে। তঙক তঙক য়েংচুনা লৈ।

—থুঙাং নচীন্দু পাস্রো

কিনা কিনা ময়াম্বনা মঙক নোমলকই।

—সিয়োর! সিয়োর! পুম্নমক নবানীগীনি। অতুদি নফি লৌথোকউ, জগোই শাউ।

—করিনো বাবু! অঙাংনি ফত্তেদা।

—ইডিয়ত, ঐনা তৌবা থবক্তা রা ঙাঙই। নবুংঙো অমা লৈরিসি উত্রা! ইয়ু ফুল নঙ করিমতা খঙদে।

করিস্থু তৌবা ঙমদে। অরেম্বগী কৌশিল্লুরে থল্লি। অঙাং অনীচু কিবনা নীক্লে। এসিষ্টেন্ট মেনেজরনা ফুরিংথাউদগী অহন অহনবা লুপা থরা লৌথোক্লগা হংলকই

—মসি করিনো

—পৈশা

—পাম্বা

খুমদে।

—পামই নত্রা? পীগনি। চাকস্থু পীজগনি। নক্ষি লৌথোকউ জগোই শাউ।

তোম্বদা মখোয়গী উপায় লৈতবচু উত্তুনা মমীৎ অহুনা চওজরকই। য়েংলুই কৈদৌনি তোম্বা করিস্থু তৌবা ওমদে, মমীৎ উইশিন্দুনা খাওই।

—ইয়ু ব্লাডি! লৌথোকউনে

মুপী মথৈ পত্রাক পত্রাক তুহুনা লৈ। মুপা মথৈ হৌগৎলকই। কলাচান্দস্থু হৌগৎলক্কুনা এসিষ্টেন্ট মেনেজরগী মতেং পাংলৈ।

—ফাষ্ট´ আইটেম, কেবেরেট ডান্স, রান-টু-থ্রি

ময়াম খুবাক খুরকই। পিক্লিবা অনীদো, কুরুক কুরুক য়েংনরগা ইল্লিবা ফিহু লৌথোরকই।

—খোওগ্রাউস্থু

লুপা খরা লংশিল্লকই।

—য়েস কম ওন

খোওগ্রাউহু তপ্পা তপ্পা লৌথোক্লকই। কলাচান্দনা গ্লাসতা হুইসকি খরা হৈরগা পুশিল্লকই। খাম্বিনবা য়াওস্রে, নমহুনা ইল্লম্মী অঙাং অনীহুদা। অহুদগী

—জগোই শাউ

শাই।

—চোংউ

চোংই।

— চেললু

চেললি।

অমনা রেকোর্ড থাগৎলকই। পত্রাক-পত্রাক তাত্তুনা লৈরিবা মুপীশিং অত্থু চিংখৎলত্তুনা জুরা জুরা হয়াওনা জগোই শারকই।

—সেকেণ্ড আইটেম, কলচরেল গেম, মুক্তা! ঐখোয়গী ইকাই খুম্নরবা, পেরেদাইজ সেভিং বেঙ্কনী জেনেরেল মেনেজরগী মমাওদা হৌজিকমক উৎচরগনি।

ময়াম খুবাক খুই। হয়াওনা লাউরকই,

—গুড আইডিয়া! গুড আইডিয়া।

মচীন মনাওদি পূমণক ওক্লে।

—মুক্তা থাবা অমদা ঐখোয়গী জেনেরেল মেনেজরনা লুপা কুন মনা পীগনি।

—লুপা তরা অমনা ঐনা হাপচরে

মেনেজরনা লাউরকই।

শেলশিং অত্থু মচীন মনাওদা লংশিল্লকই। মীৎচিনা হাইফেং য়েংনখি। হায়নরুবা ভৌদনা মচীন মনাওগী মফি থোংত্রবা হকচাং অনীত্থু কোনশিন্নখি। অমনা রেকোর্ড অমুক থাগৎলকই। লাওবা হৌরকই। খুবাক খুরকই। পেল্লমালে মবুংঙোদো চোংফন্দুনা খুবাক খুরকই। মবুংঙোনা হয়াওবত্থু উবদা তোম্বসু, ইবেমহলসু চোংলকই, লাওলকই,

—অমুবনা থানি

—অঙৌবনা থানি

—অমুবনা থাবদা লুপা তরা মণ্ডা

—অঙৌবনা থাবদা লুপা কুন

—অমুবদা লুপা কুনমণ্ডা

—অঙৌবদা লুপা কুম্ব্রা

তৌরিবত্থ করিনো ভাব তাদে ইবেমহল্। মন্নাম নোকই হায়বগী মাস্থ নোকই। খুবাক খুই মাস্থ খুই। লাউই মাস্থ লাউই।

খোঙফম চাহৌত্রে, ময়াম্বত্থ মনাওনা থাদোকখ্রে। মীয়াম খুবাক খুই, লাউই

অঙৌবনা থারে

অঙৌবনা থারে।

কাঙবু অমনা চেনশিল্লক্তুনা মনাওমুপাবু থাজত্তুনা চুপই।

—ব্রেভ বোই! ব্রেভ বোই

অমনা য়েনথোংবা মতম অচৌবা অমা ইনশিনবি ময়াদা।

ময়াম্বত্থ মুংঙাইত্রে, খরস্থ ইকাইরে। অতোপ্পা কাঙবু অমনা মনাওদা তৌবগুম য়েনথোংবা ইনশিনবী।

—ডোন্ট মাইন! ট্রাই, হন্দক্তি নঙনা শোইদনা থাগনি

—হন্দক্তি নম্বর থারগনি

—গুড আইডিয়া

হামদোক্ত্রিবা মখুৎ অত্থুনা হরাইথোংবা লুপ্পগা, মবুক্তা মনঙ্গলদা মমাঙদা য়েকশিল্লকই, তৈশিল্লকই।

য়ান-টু-থ্রি

হুইশেন খোংলত্থুনা এসিষ্টেন্ট মেনেজরনা মুক্তা থারকই।

হ--ন্দক্তি অমুবনা থাবদা লুপা নীফু

—অঙৌবদা য়াঙ্গৈ

—অমুবদা হুম্ফু

—অঙৌবদা হুম্ফুতরা

চাইথরকই, লুপা চবুন চবুন। ময়াই কারে মচীন মনাওত্থু। মচীন মনাওনি হায়বা কাউথোক্লরক্লে।

ঙমজবা মপাঙ্গল শীজিন্নদুনা মূকনরকই।

—অৱাৱ কলচৱেল গেম, সাৱ

শকতাকলকই, কলাচান্দনা মবুংঙোদা। পেল্লবা মবুংঙোনা হৌনা হৌনা নোকই—ৱান্দৱফুল! ৱান্দৱফুল!

হন্দক্তি ময়াম্বনা থারে। অদুবু হৌগৎনদ্রে। অদুম নম্নদুনা লৈরে। মনাওদুসু হন্দে। মনাওনা অমুক নমই, ময়াম্বনা অমুক নমই। চীংগী অকনবা লৈমায়গা তক্লবগী মশা অদুসু ইথিল থিনবাৎলে।

অমুবা চুই

অঙৌবা চুই

চুই চুই চুই চুই।

পূম্নিল নিল্লি, পূম্লাঙ লাঙই চীংমায়দু। থৌজিল-থৌজিল্লগা হেনগৎলকই, থরো থরো ওল্লি চীংগী কল্লবা লৈমায়দা। মচি লেঙদে চীংমায়দি। লিরি শিৎলি মুংশিৎ, উনা লেংই, মউদি লেঙদে উপালগী। য়েংথখিবদা উগনি ঙমলবা শুক্লবা লোক, অতাম্বদা চরুখোক্কী পাক্লবা লৌবুক।

মখোয় লাঙলি, মখোয় মুংঙাইরি, মখোয় নোক্লি, মখোয়না লাউরি

—ৱান্দৱফুল গেম! ৱান্দৱফুল গেম!

॥ ১৯৭৩ ইং ॥

# কোঙ্গেং কোকফাই

চেনবা মথৈ চেল্লুরগা, নোম্বা মথৈ নোমলুরগা হুমাং হন্দোক্কে হায়দুনা চুরুপ মচৈ অমা চমখত্তুনা ফমথবতা ডায়রি তোম্বা। মেনেজর হেক লাকই। ফুক হৌগৎলি, চুরুপ মুৎথৎলি।

—তাতোম্বা করি করি ঙাংলি?

—ইবুংঙো থোইদোকপা ঙাক্লে।

—জগোইগী মীশিংদি লাক্লব্রা?

—ফি শেৎতুনা লৈজরে।

—মকুপ মতাশিংদু থরা য়েংশিনবিয়ু। অঙাংশিং অসিদি করিসু খঙবা পোৎ নত্তে।

মেনেজর চৎখ্রে। ফনা শাংনা চৎলুরবা তুংদা খঙহন হঞ্জিল্লক্তুনা অমুক হায়রে,

—তাতোম্বা ঐগী কাদা অমুক্তা চঙবিরকউ।

ওসি পেরেদাইজ সেভিং বেঙ্ক, ইম্ফালগী ২৫ শুরা চহীগী কুমওন মুমিংনি। মুমিং অসি থোইদোকপা কুম্মৈ-ফিরোংগী থৌরম কয়াগা লোয়ননা পাঙথোকদৌরি। থৌরম অসি হাংদোক্লবা গৌহাটি হেড ওফিসকী জেনেরেল মেনেজর ওরাংদগী ইম্ফালদা থুংলক্লনা লৈরে। মহাকপু ওকপগী থৌরম ওফিস অসিগী মীওইশিংগা লোয়ননা কাংচুপ চীংখোঙদা পিকনিক ওইনা ওরাং পাঙথোকখি। ওসিগী থৌরম অসি অয়ুক পুং ১০-৩০ দা হৌগদবনি।

থিম্ললা তৌদনা তোম্মা মেনেজরগী কাদা চঙখি।

—ইবিরক্লব্রা তাদা ?

—ইদি ইজররে, ইবুংঙোনা অমুক শেমদোক শেমজিন তৌবিয়ু।

হোরেল মেনেজরনা মীয়াম মমাঙদা পাথোক্লদবা বেঙ্ক অসিগী ইতিহাস অমস্তুং মপুং ওইনা কিষান যোজনা হায়বা স্কিম অতুগী মরমদনি। চে অতু পানা পানা মেনেজরনা হংলকই,

—স্কিম অসিদা হৌজিক ফাওবদা কান্নবা ফংগ্রবা মীওইসি চনী য়াঙ্খে, চহী অমদা কারকপা শেন্দোয় লিশিং নীফুনীথোই চুম্মিকো ?

—অহোই

—ঙাইখো স্কিম অসি লৌমীদতা পীবা নত্রা ?

—মানি হোই।

—হন্দকী চহী অসিদা পীগদবা মীওই চাম্মা চুম্মীকো ?

—অহোই।

—ফরে তাদনা খয়া ৱাবীবা তারে। লাক্লিবসি জেনেরেল মেনেজরনিদো।

তোম্বা কা অতুদগী শোল্লি শোল্লি থোরক্লে। পুং ৯ তার-ফাওবা অতৈ নহারোলশিং অমত্তা লাকত্রি। তোম্বদি চা গ্লাস অমতং থক্লগা অয়ুক পুং ৭ তগী লাক্লবনি। মুংথংলুরবা চুরুপ অতু অমুক চমথংলি। চৌকিদা ঙৈহাক্তুং শ্বর হোন্দোক্তুনা ফমথৈ। চহী অমসুং ফিভমগা হায়রবদি তোম্বা ময়ুমদা ফমমেন ফমতুনা হিদাকফু চিংতুনা লৈরগদবা মতমনি। বেঙ্ক অসিনা হেক হৌদোক্লকপদগী ইচম চম্বা কলেক্তর অমা ওইনা থবক তৌরকই। লাইব্রিক-লাইশু কয়া হৈজত্রবসু নহারোল অমদগীদি হেল্লা থবক ফৈ, মশা খিংলি। মহাক্কী থবক হৈবা, মপূকচেল শেংবা অতুতনা প্লানিং অমসুং ইন্টরনেল ওডিটর ওইনা ঙসি যাওবা থবক তৌরি। মহাক্কা থবক তৌমিন্নরকপা মীওই কয়াদি নহারোলশিং অসিগা মোত চানরক্তবদগী নত্রগা থবক লোইরতুনা তোক্লগ্রবনি। খরনা হৈনদতুনা মশানা তোকচখিবসু য়াওরে।

বেঙ্ক অসিগী য়াইফ থৌরাংদা চহী কুনমঙা অসি অরা অনা থিদনা থবক তৌরক্লি। মশামক্কীনি খন্না অনৌ অনৌবা প্লান কয়া অহল ওইরবা কোক্তগী পুথোরকই। "কিষান যোজনা" অসিসু অহল অসিগী কোক্তগী থোক্লকপা স্কিমনি।

মহাক্কা মুংগী ব্রাশক অমগা লোয়নয়া মেনেজরদা হায়,—'ইয়াম্বদি অহল ওইরে। স্কিম অসিমতং মপূং ফারবদি থবক তোক্লবসু তোক্লগে।'

তোম্ববুদি পূন্নমক্লা মুংশি। মেনেজর ফাওবনসু ইকাই খুমনৈ।

মেনেজরনা খুমলকই—কৈদৌবগী থবক তোকদগে! তাদনা শুম কৈ হায়বতুতা তৌবিয়ু। অতুমকপু স্কিম অতু হেড ওফিসকী অয়াবা লৌনবা কয়াৎ অমতদি শেম্বীরকউ।

—নহারোল অমা অনীদংদি পীবিবতাই ইবুংঙো মুমিং তরানিদা লোইবা ঙমত্রা য়েংজগে।

তোম্বা স্কিম অত্থ শেম্বা লোইশিন্নবা হোৎনবদা মুমিং তরা নিমুক অত্থ তুম্বা চাবা থিদনা, মীয়াম্না পুং তাবা ঙাইঙমদনা হন্নখ্রবস্থ, মুমিদাং পুং ৭/৮ ফাওবা মৈ থান্দুনা থবক শুখি। মুমিং তরেৎনিদা চেনা কুম্থ্রা পানবা স্কিম অত্থ শেম্বা লোইত্থনা মেনেজরদা পীথৎপা ঙমখি।

পাদে মেনেজর অশম্বা রারী অমা তারগা সহী তৌই। ফরগা মেনেজরগীনি, মথক থোংবশিংগীনি। শোয়রগা কেরানিগী, চপ্রাসিগী, তোম্বগী।

হেড ওফিসনা স্কিম অত্থ য়ারক্লে। স্কিম অসিবু থাগৎলত্থনা মেনেজরদা ইরকখি,

"অফবা স্কিম অসি পুথোকপগীদমক্তা থাগৎচরি। স্কিম অসিনা মায় পাক্লবদি খুঙ্গংগী লৌমী শিন্মী কয়াদা কান্নহনবতা নত্তনা বেঙ্ক অসিগী ইজ্জৎস্থ ওইরগনি। স্কিম অসি মণিপুরদতা নত্তনা বেঙ্ক অসিগী থোইদোপা স্কিম অমা ওইনা খুদক্তা চথরগনি।"

স্কিম অসিগীদমক হেড ওফিসনা লুপা লাক্ষ অমা কাইরকখি। থবক ওইনা হেক চৎথবা তারবদি তোম্বস্থ মুংশাথিবা অমদি পোকই।

অহানবা লৌমী চান্মাদা লুপা লিশিং অমমম লোন পীথি। লোন অসি লৌনবা মীওই চনীদগী হেনবনা দরখাস্ত থারকখি। মত্থ খন্দোক্লবা হোৎনবদা তোম্বা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লখি। খন্দোক থঞ্জিনগীদমক মী মঙানা শাবা কমিটি অমা শেমই। মত্থদা তোম্বস্থ য়াওই।

নোংমা মেনেজরনা তোম্ববু কৌশিন্দুনা হায়, "য়েংউ, তাতোম্বা মন্ত্রীগী ডি, ও, ময়াম অসি। এম, এল, এ, অনী অমসু হৌজিক্তা লাকুনা ফুরিৎখাউদগী লৌমী খরা পুথোক্লম্মী। কমদৌসিগে?

—থবকসি চাংয়েংনি, ঐদি খরা শেংনা তৌনীংই, ইবুংঙো। মী থারগা অশেংবা লৌমী থিত্নুনা পীনিংই।

—মতুংসু অদু মঙাই শেম্না অদুম মেল্লক্কনি।

তোম্বা ঙৈহাক খল্লগা হায়রকই—ফরে থা অমতং মতম পীবিয়ু ঐ চৎচগে। গাড়ী অমতংগা।

মেনেজরনা য়াবগা লোয়ননা খুদক্তগী তোম্বা থবক হৌখি। পাউ অসি ওফিস শাৎনা তানরে। তশেংনমক কনাগুম্বা অমদদি থবক অসি ফুরিৎখাউ শেন য়াম্না ফংবা থবক্নি। অদুনা নহারোল-শিংনা কল্লকই।

—খুরা তোম্বা, অচৌবনা চানবা হায়বসিদি, ইন্দক্তি লক্ষ্মীনা মায় ওনশিল্লক্লেকো।

মহাক্না নোংমা ফাদোক কৈথেন্দগী ঙা মচা অমতংগা লৈত্নুনা ময়ুমদা পুথবা থেংনরবদি লক্করক্কনি—ইন্দক্তি য়াম্না লৈথরেকো তাতোম্বা।

থঙই তোম্বা মখোয়না হায়রিবদু। অদুবু থাঙবা কনবগা লোয়ননা নোংমতা লেপ্পা লৈতনা খুঙ্গং খুঙ্গংদা চত্তুনা দরখাস্ত থারকপা মীওইশিং অদু থিত্নুনা উন্নরম্মী। হাকথেংননা নত্রগা নাকোয়ননা ব্বারী কয়া শা শাত্নুনা অশেংবদু খঙদোকই। দরখাস্ত-তদি পুম্নমক লাইরবা ঙাক্তনি লৌমী ঙাক্তনি। অদুবু চহী অদুগী মনুংদা লোন অসি পীবা য়াবা মীওইদি মরিফু ফাওবা য়োনা ফংদ্রে। অদুবু খরগা অমুক খনগৎলগা মী চাম্মগী মিং পরেং

অমা শেমলে। মিং পরেং অসিদা মন্ত্রীগী মীওই কুনগী মন্নুংদা অনীদগী হেন্না য়াওদ্রে।

মেনেজর মকোক শারম্মী। মহাক তোম্ববু মশক মুন্না খঙই। অচুম্বা চৎচবা অহললনি। নাকল অমদনা মন্ত্রীগী ডি, ও; এম, এল, এ, শিংগী টেলিফোন।

—হলো! মেনেজর সাহেব! নমস্তে! নমস্তে! ঐগী মী অনীতু য়াওরেকো! শোয়বিবা য়াদে।

মেনেজরনা খুমখি—য়েংজগে।

য়ুমগী মুপীনসু ব্রামেনলকই—মথোয় অহুমদো হৌজিকসু লাক্লম্মী। মীগী চেঙসু চাথোকলুরগা শোয়হনবিগন্নুকো।

মসিগী মথক্তা চিয়ারমেনগী, এসিষ্টেন্ট মেনেজরগী, কেসিয়ারগী। করিনো তৌগদবা! সহী তৌবা ঙমদে। ককপসু ঙমদে।

কমিটিগী অরোইবা মীটিং ফমলে। মেনেজরনা মিং পরেং অতু পুথোকলকই। তোম্বা ইঙক ঙকখি। মশামক্তা তূম্বা চাবা মচেংতা কোয়না চত্তুনা থিগৎচরগা শেমজখিবা মিং পরেং অতুগী কপী অমা মশানা পায়রি। পাথোকলক্লিবা মিংশিং অতু অমমম ওইনা মথং মথং য়েংই। মী তরানিপালদি মরায়বক থীরে। তরানিপাল অতুগী মহুৎতা তরানা মন্ত্রীগীনি, এম, এল, এগী অহুম, চিয়ারমেনগী অনী, এসিষ্টেন্ট মেনেজরগী অনী, মাগী মুপীগী অহুমনা শিনথ্রে। মশা মশাগী য়াওরবনিনা কমিটি মেম্বর অমতা ব্রা ঙাঙখিদে। তোম্বসু ঙাঙখিদে। মরমদি পূম্নমক মথক থোংবা ওফিসার ঙাক্তনি। সহী মথং মথং তৌখি। তোম্বসু অতুম তৌখি। অতুবু মপূক্নীংদা ব্রাম্নোই—অস্নুম তৌদৌ লৈরবদি অতুক ব্রানা চৎলমদবনা ফরম্মী।

মেনেজর খঙই মহাক লাল্লে। তোম্বগী মমাঙদা মমায় খজিক্কুং ঙাওখিবগুম্নদি তৌথি।

থবক অসি তোম্বদদি ইজ্জৎকি ৱাকম ওইখিবনা নীংবা কায়বা কয়া লৈত্রুনস্সু মশামক্কী শেন্দোন থৌবগুম মশামক্কা শেল খোমজিন্দুনা স্কিম অসিতং মায় পাক্কবা হোৎনরকপনি। থবক অসি মপূং ফানবা হোৎনরকপদা ৱাখল-পাঙ্গল পুথোকপদা নত্তনা মথক থোংবশিংদগী, মীয়ামদগী, ইমুঙ-মন্নুংদগী ৱাথৗ কয়া চাখি।

মথক থোংবশিংনা নোংমতং থবক শোয়বদা হায়—থরা থরা চেকশিন্না তৌনে! শেনগী থবক্কি নখোয়না অত্নুম তৌরগা ঐখোয় ফাদোক তাহনগেরো?

য়ুমগী মুপীনা হায়—মী পূন্নমক ওফিসকী থবক তৌনরিবা ঙাক্কনি। ওফিস অসি নথন্তা পুরবরো? অহলস্সু ফনা ওইরেনা য়ুমগী মুপী অঙাংগী খরস্সু খনবা মতম ওইরে। থবক হেন্না শুয় হায়ত্নুনা তলব হেন্না পীবিবস্সু নত্তবা।

মীয়াম্না করেম্নরকই—হন্দক্তি লক্ষ্মীনা মায় ওনশিলক্কবনিনা কুচু কুমেনকাসি থোক্লেনে।

অসিগুম্বা মীরা-মীশা কয়াসি থেংন থেংননা স্কিম অসিতংবু মায় পাক্কবদি হায়ত্নুনা হোৎনরকখিবনি।

পূং ১১ তাখ্রে। হৌজিক্তি কর্ম্মচারি পূম্বা থুংলরে। কূম্মেনি। কেনা কেনা লাকই। চৌকিদা ঙাম্থোইরে। তোম্বদি কোয়চেন চেল্লি। জেনেরেল মেনেজর থুংলরে। পূন্নমক ফুক-ফুক হৌগৎলি। মাং থাবা তান্নরকই। মশা খিংগৎলকই। থবক ফগৎলকই। মথুং লোম্নে পূমনিল নিল্লি,

—নমস্তে! নমস্তে! গুড মোরনিং সার।

হেক থুংলবগা অনৌবা শাগদৌরিবা বেঙ্ককী মুক্ষম অতু যাত্রা হুল্লে। জেনেরেল মেনেজরনা মুঙদা কুপ্লম্বা ফি অতু হাংদোকই। মীয়াম খুবাক খুই।

যাত্রা হুনবা হেক লোইবগা জেনেরেল মেনেজরনা মীয়ামদা রা ঙাঙলকই। বেঙ্ককী ইতিহাস, ষ্টাফকী হৈশিংববু থাগৎলহুনা ঙাঙলি। মীয়ামনা খুবাক খুই।

তোম্বা মোমোন মোমোন নোকচৈ। রা ঙাঙবা লোই-শিল্লকপদা জেনেরেল মেনেজরনা লাউথোরকই।
"পেরেদাইজ সেভিং বেঙ্ক, ইম্ফালগী মেনেজর শ্রীমুতুম নাতেক সিংহবু থোইদোক হেন্দোক্লা থবক হৈবা "কিষান যোজনা" হায়বা স্কিম অসি পুথোকপগীদমক হেড ওফিসনা লুপা লিশিং অমগী মনা পীরগনি, মসিগা লোয়ননা মেনেজিং ডিরেক্টর ওইনা প্রমোসন পীরগনি।"

মীয়াম পূম্বা হরাওনা খুবাক খুই। তোম্বসু খুই।

অতুবু মাগী মচা মুপা অহল অদুনা মঙোন্দা তত্তুনা হায়বা রা অমা খঙনীং নীংশিংলকই।

—ঐখোয় বাজিদি কোঞ্জেং কোকফাই তাহুনা তোক্লগদবনি।

॥ ১৯৭৪ ইং ॥

## ৱামৈ

মার্চ থা লাক্লে, হিসাব লোইশিন্নবা থা। তাতোম্বগী থবক মৈ হৌবা মতমনি। ফাইরেন লমতাগী লাকণম ফাণমদ্রবা উফুল পুবা মুংশিংনা য়েশিল্লকই ওফিসকী ফল্লাংদা, থোঙদা, থোঙ-নাওদা। মায় মীৎ চীনয়া ইকেঙ কেঙহল্লি।

তাতোম্বা থোঙ চেজেৎ লোনশিল্লদুনা, মীৎ-না চোইদবমখৈ হিসাব শুরি। লোন একাউন্টগী হিসাবনি। কোক শাই, লুপা লিশিং তরা মঙাগা চামঙা য়াঙ্খে মঙাখক হোরে। অস্তুক য়াম্বা শেনফমদি কদায়দা চৎখ্রবা!

বেল থীংই—অমুরক, অনীরক, অহুমলক। কনাসু চঙলক্রে। মতুংদা কা শায়র শায়রদুনা ঙাঙন ঙাঙনা চম্প্রাসি অমু চঙলকই,

—মথীবোং চাবা মখৈ চাথোকখ্রগা মতম চানা শেল পীথোক্কেদি হায়দদুনা শাউজ শারিয়ে। শেল ককহৌরনি হায়দুনা

তোলোব মুমিংতনা হেক কারক্তবা। লোৎনা হেক্তা মরৌথোকখিবা।

কনামতনা ঙাঙবা তাদে তাতোম্বা, লুপা লিশিং তরামঙাগা চামঙা য়াম্থৈ মঙানা মাবু কোক চিকহল্লি।

—কৈল্যানী কৌরকউ।

মথা তারমদনা থোকখি অমু।

ফাইল অমগী মথংদা অম্বা লৌথৈ, য়েংই।

অমু অমুক চঙলকই—কারক্তি মালে।
ঘড়ী য়েংই। পুং তরা মাথোই মথাম তারে।

—করম্বা কান্দা কারকদৌরিবা? তোমচাদি?

—লাক্লমলবনি, লৈদি লৈহোদে।

—হেক লাকপগা চঙলকউ হায়য়ু অনীমক।

মথা তাদে তোম্বা। মুংশাস্থ কম্না হাইগৎলক্লি। পেন্দবা শাউনিংবগী মৈনা চাকথৎলকই থম্মোয়মুংদা রামৈগুম। লেপুনা শিংলি অশিং অরাম্বাগী লমহেনবা মুংশিং। হিসাবকী অচৌবা অঙ্কনা নৈথাইরি অহল ঙইরবা তোম্বগী কোক্তা। পুংখায়মুক হোৎখ্রে, কনাস্থ চঙলক্তে। বেল অমুক খীংই। অমু চঙলকই শাউরং তৌরংননা।

—লাকখ্রিরবা?

—লাকখ্রি।

—ছুটি লৌখি হায়ব্রা?

—লাকতি লাকলমলমাল্লে সোই তৌরম্মী।

—তোমচাস্থ?

—অমুক্তা য়েংজরকখিগে।

অমু থোকখ্রে। তোমচা চঙলকই।

—কৈল্যানী কদাই চৎখি ?

—সাইন তৌরম্মী। খঙদে কদাই চৎগ্রবনো ?

—লোন ফাইল কনাদা লৈ ?

—কৈল্যনীনা শূবনি।

—অমুক্তা থিরকউ।

খোয়দৌ হেন্না হেন্না শাউগৎলকই, নিংদোন পোমই। অতুবু হিসাব শুবদি লেপ্তে। লেপ্পা য়াদে।

পূং অমা তাশিনখ্রে। মীৎ তন্দন পাইরকই। ফাইল থিরুনি থোকখিবা হৌজিক ফাওবা লাকত্রি।

অমুকস্তু খীংই কোল্লিং বেল। কনাস্তু চঙলক্তে। মপান্দা লাপ্পা ৱারী শাবা, নোক খেবগী মখোলদি তায়। কান্নররোই খল্লতুনা ফুক হৌগন্তুনা থোক্লকই। চৌকিশিং অতু ইহাঙ হাঙলি। অথাবা ফাইলশিং টেবল মথস্তা ৱাংনা ৱাংনা পৈরি। মচী মচীদা কাঙবু কাঙবু ফমলি। ৱারী শারি—সরকার শেম্বগী, কায়বগী, মন্ত্রীফম তাবগী, কাবগী, ঙরাং য়েংলুবা সিনেমাগী, লম্বীদা উরকপা থৌদোক্কী, কাঙজেবুঙদা শান্নরিবা বোলগী, ফি মচুগী, ফনেক মমলগী। খরনা করি করিনো চারি। মায়গা মায়গা ওনশিন্নতুনা মুপা মুপী খরনা নাইতোম ৱারী শারি। ঙাথু থেংথুনরি। খরনা শান্নরি—সত্রং—লুডু। লাউনরি—খোঙচৎ লাল্লি—লান্দে, চারে, চাদে। থবক চিল্লি মুপীশিং, মতম মাঙহন্দে লোল্লি—মোজা রুমাল। টেবল মথক্তা ফাইলশিংনা কূম্মৈশিংতু য়েংলি ইতন তনথনা।

তোম্বা উবদা লাঙলম্বশিং অদো খরা নেমথখি। তোম্বস্তু ঙৈহাক কূম্মৈগুম য়েঙলম্লগা চঙশিন্দুনা হংই—কৈল্যানী কদায়দা চৎখি ?

—ময়ুমদা অনাবা অমা য়াওই হায়দুনা চৎখ্রে।

—তোমচাদি ?

—চা থকপা থোকখিবনি। হঙ্গিল্লকত্রি।

মপান্দগী অমু ময়োম অমা পুদুনা চঙলকই।

—শিংজু শুহৌবদা ভায়হৌরি, ভাইবা ভুমদদুনা কাংহৌ ওইনা লৈরক্লে, শিকি অমা ঐনা কা চাথোক্লে।

অমুদা চঙলক্লবা হায়রম্লগা তোম্বা মাগী কাদা চঙখ্রে। ফমথবা য়াদে। কাদুদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। বেরী চমথক্তুনা থকই। অমু চঙলকই। ফুরিৎখাওদগী শিকি অমা পুথোক্তুনা পী—চা অমতা লৌরম্মু।

ইতন তন্না থোকখি অমু। তোম্বা লোনশিল্লম্বা থোঙনাওদু হাংদোকই। পূংমম মমই উফুলনা। উরকই বেঙ্ককী অনৌবা শাবা বিলডিং। অনা শিকিদগী হৌরকপা, খুরবা কা অমদা মমল পীদুনা শাইদাংলকপা, মীওই কুন কুম্থ্রাতনা হৌদোরক্লবা বেঙ্ক অসিনা অসুক মপাল ফরক্কনি হায়বা কনানা থাজরুগনি! ভসিদি বেঙ্ক অসি মীওই চামদগী হেনবগী শিনশঙ ওইরে। লৈবাক অসিগী মফম কয়াদা মশা কয়া হাংদোক্লে। লুপা লাক্ষ-কড়োরগী মপু ওইবা ভমলে।

তোম্বা বেঙ্ক অসিগা হৌদোকমিন্নরকপা অহলনি। বেঙ্ক অসিগী ইতিহাসতা মহাক্কী চিৎথবা য়াররোইদবা মফম লৈগ্রবনি। অদুবু বেঙ্ক মনুংদা শিংলিবা মতমগী মুংশিৎ অসিনা মল্লবা তোম্বগী থম্মোয়দা তাশোন ওইহল্লি। মহাক্কা হৌমিন কামিন্নরকপা অয়াম্বা, মতমগী মুংশিৎ অসিদা শ্বর হোনবা ভমদ্রে হায়দুনা মতম শুরদুনা নত্রগা শুবা ভাইভমদনা পোত্থানখ্রে। থরনা অরাপ্পদা পোষ্টিং থাখ্রে। মীচং লৈজদবা চীরোল হৈজদবা থরনা অশেম্বা

মরাল পীশিন্দুনা থবক্তগী পোত্থাহনবীগ্রে। তোম্বসু নহান্না মতম লোইরবনি। অদুবু মহাকপুদি থবক্তা হৈশিংবা মপুকচেল শেংবা অদুগা বেঙ্ক অসিগীদমক রাজরক্লবা অহলনি হায়দুনা মমাঙদা পুরম্বা মেনেজর অহনা, ইন্টরনেল ওডিটর ওইনা সারভিস এক্সটেণ্ড তৌদুনা থম্বনি।

কনাগুম্বনা নত্রগা মচাশিংনা থবক তোক্লবা হায়রক্লবদি তোম্বা শাউনা খুমগনি—চহী কুনমরি মঙা থবক শুদুনতা লাক্লে, থবক শুদ্রবদি ঐ হিংবা ঙমলোই। ইরাংশিং অসি হৈনদে হায়দুনা হেক্তমক চেনগদ্রো? মতাং চাবদা পাড়া তম্বিরকখিগনি।

চা পুদুনা চঙলকই অমু।

চৌকিদা ফমথরে। ময়ুমদগী পুরকপা কবোক মুরি পুথোক্লুনা চায়। ঙৈহাক শ্বর হোন্দোকই। অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তা নীংশিং-লকই লুপা লিশিং তরা মঙাগা চামঙা য়াঙ্খে মঙা।

মুপা অমা চঙলকই, তাতোম্বগী লৈকাইদগীনি।

—করি লৈ ইবুংঙো?

—তাদা নত্রবদি উপায় লৈত্রদুনা চঙজরক্লিবনি। ঐগী মহৌশাগী লোনগী চে অমা থাজখিবদু থা অমা হেনজিল্লক্লে। অদুবু সুকথোক থোক্লকত্রে! হংলুবসু নিংথি মুংঙাইনা খুমলক্কে। ঐগী তুংদা থাখিবা পূম্বদি নহান্না লৌথোকখ্রে। তাদনা অমুক্তং হায়বিদ্রবদি।

—নয়াম্বদি করিমতা খঙদে, নঙনা খঙলি'দুমঙাই মতম অসিগী ঈশিং মুংশিং। নখোয়না য়ান য়াননবা তৌবা তাইয়ে। লাইরিক লাইশু হৈরবা ট্রেনিং তৌরবা ঙাক্তনি নহাশিং অসিদি, হায়রুরগা ইরা লৌবিগদবসু লৈতে।

—তাদহোয় লৈবগী বেঙ্ক অসিগা শম্নজরুবগী রানি।

—চুম্মি, মতম অমদদি ঐগী হক লৈরম্মী। ওসিদি বেঙ্ক অসিদা ঐ কনাস্মু নত্রে।

—লোইশিনবিরগদবনি হায়দুনা তোম্বীনৌনা লুপা তরাস্মু লৌথোকখ্রে। অদুগা গৌহাটিদা ট্রেনিং চৎখ্রে হায়য়ে। চে অমা থাজিনবগীস্মু লুপা মঙা, রা অমা হংবগীস্মু মঙা, করম হায়না তৌজৌ হায়রিবনো ঐখোয়বু।

—হায়নগদবা মীদদি হায়বিদেদো। ইবুংঙোহোয়স্মু লোইরগা লোইরে হায়দুনা লুপা মঙ. তরা অসি ওস্থোক্না কোম্না শীজিন্নবিখ্রে। নয়াম্বদি অহলস্মু ওইশিল্লক্লে মীঙোন্দস্মু পঙহায় হায়জনিংদ্রে। মেনেজরগা উনবিয়ু।

কান্নরোই খল্লমালে মুপাদু থোকখ্রে। তোম্বা হিসাবতা অমুক ওনশিল্লি। বেল অমুক খীংই। কনাস্মু চঙলক্তে। মপান্দা লাঙলি নিল্লিবদুদি অদুম তায়। অর্থ লৈতে চম্প্রাসিদা ওফিসারগী, মথক থোংবশিংগী বেল। অরজেন্ট, ইমিডিয়েট, ভেরি ইমপোর-টেন্ট, চপ মান্নে অর্থ। লুপা মঙা য়াওদ্রবা, চা গ্লাস অমা তিংদ্রবা পূন্নমক্কী অর্থ লৈতে। পূং তরামাথোইদা ওফিস থুংলগনি, পূংখায় অমা হুমাং হন্দোক্লগনি, এটেনডেন্ট রেজিষ্টারদনা পূং নীপাল মিনিট নীফুমঙা। পূং অহুমদা হনথিনি, রেজিষ্টারদনা পূং মরি মখায়।

তাতোম্বগী এসট্রেদো বিড়ি মতেক্না পিক থল্লে। তোমচা চঙলকই।

—থি থঙদে, রেকোর্ড সেক্সন্দা লৈখ্রমাল্লে।

—ফাইল নম্বর খঙব্রা?

—পিবি/সিএ/ফিফটি-নাইন।

*ফোন পায়খ্রংলি, রেকোর্ড সেক্সন্দা, পাউখুম লাক্কে।* ফুক হৌগৎলি। চুমদ্রিং থোকখি।

রেকোর্ড সেক্সন্দু অম্রাং ইথং থংবা মথক্কী কাদা লৈ। তোম্বা শোল্লি-মাল্লি কাখৎলি। মথক য়ৌবদা মশাতু পূমচোক চোকথরে। মুংশা মগী ফুইনা হোল্লি। ইচিক চিকই, মী অমতা লৈতবগুম তৌই। কাদা চঙশিল্লি চৌকিতু ইহাঙ হাঙই। টেবল ফেন্না কন্না উঙলি। টেবলদগী চেনা পূন্নমক ফাজিনবিনবা লৈতবনা মনীং তমলে। মী লৈরম্বগী মওংদি মাল্লি। এসট্রে মন্নুংদা চুরুপ মৈখু কারি। ম্রা অমতা ঙাঙদে তোম্বা। ফাইলশিংতু লৌথতুনা অমমমতা ওইনা য়েংই। থেংনদে। বেগ অমা থেংনৈ মুপীগী। থারি আরঃ কেঃ কৈলাানী দেবী। অমুকস্থু খুদি থিজিল্লি, থেংনরকই খোঙউপ জুরা অমা, মুপীগী। মন্নুংদা মখোল অমস্থু তাখিবগুম তৌই। চঙশিল্লি।

মতাং চাদবা মতম অমদা থুংলরে অহল অদো। মমীৎ উইশিল্লি। জ্ঞান মাঙই, মঙগুয়া থোকই। খোঙকাপ অনী অহুম হন্দোকই। খোঙউপকী মপু চোংথোরকক্লে। কৈল্যানী আরঃ কেঃ কৈল্যানী দেবী। অনাবা য়াওই হায়তুনা ময়ুমদা হনগ্রবা কৈল্যানী। তোম্বনা জ্ঞান লাকপদা কৈল্যানীদি লৈরমদ্রে। অস্থুক তেনগ্রবা মতমতুদা কয়াদা হৈশিংনা থুনা মাঙগ্রবা। অতুবু থৌদোক অতুদি চেনবা য়াদ্রে। মমীৎ মক্লা সাক্ষী ওইরুরে। কলাচান্দ চেন্দে। মফি মরোল লিংশিন লোইশিল্লতুনা মরাল য়াজবা ওইনা লেপ্লি।

—কৈল্যানী নত্রা?

কলাচান্দ খুমদে।

—ইবুংঙো কালা, মসি ওফিসনি। থেংনদ্রিবৈঙেদি থেংনদ্রিবৈঙেনি। হৌজিক্তি থেংনরেদো।

কলাচান্দ অত্থুফাওবা খুমদে।

—ঐ লেম্না তোক্লোই। হায়য়ু নঙ করি পাশি?

—লাপ্তরে, তাতোম্বা।

—ঐ রিপোর্ট তৌগনি। কৈল্যানী কৌরকউ।

—তাতোম্বা লাল্লে হায়রেদনা।

—লাল্লে হায়রগা হেক্তা য়াত্রনে।

—অত্থুদি নঙ তৌদৌ মফমদা তৌরুরো।

তোম্বা শাউবনা থক থক নিক্লে। ব্রা ঙাওবা থোক্কে। ফৈ হায়রম্লগা থুনমক চৎখ্রে। কোক ঙাওই, মীৎ তন্দন পাই-রকই। সিড়ি কূমথরকপদা খুদি থীজিন্দুনা মখোঙত্থ শোক্লে। অত্থু নাবা শংদে, ইফিং ফিংনা মাগী কা তান্না চঙশিল্লকই।

ফমথদে চে কলম পায়থৎলি। থবক তোল্লগা তোক হায়ত্থনা ই—

টু

দি মেনেজর, পেরেডাইজ সেভিং বেঙ্ক।

সার,

মতেক খরা ই। অমুক ককই। ফিংমনখিবনা ইর কক্ল তৌরিঙৈদা ফনা য়াম্নস্থ হৌজিনখ্রে। পন্থরুবা তৌদনা মেনেজরগী কা তান্না থোক্লকই।

মহাক্কী কাগা মেনেজরগী কাগা ফনা লাপনরি। মখা ইথং থংবা মায়কৈদা মমায় নোংপোক ওন্না য়ুমদোমপোক ওইনা লৈ। কনামতা উদে, তোম্বা ফি-ফি কাম্লত্থনা চৎখি।

মেনেজরগী থোঙদা চম্প্রাসি মণি ফমলি।

—লৈব্রা?

—লৈ, কনামতা চঙহল্লকত্থ, অরুবা ব্রা অমা থম্লরি হায়।

—অথুবনি, অমুক্তা হংউ।

—লেঙশিনগে হায়রগা তাদা লেঙশিনবিয়ু, ঐদি ঙমজরোই।

—কনা কনা চঙখিবগে ?

—খঙহৌদ্রে।

—অহুগা করম্না মী চঙহল্লকন্নু হান্নরিবা ?

—ঙৈহাক্তুদি ঙাইবিখো কৈদৌগে।

তোম্বা মখা তাদ্রে। ঙাইঙমদে মশাহু। মাঙ্গোল অহুদা হঙ্গং হন্দা চংলি। ঘড়ী অমুক য়েংই।

কুইরবগী তুংদা বেল খীংলকই। মণি চঙখি। লৈতাদে মশাহু। মহাকস্নু চঙশিল্লি থোঙ মনাক্তা।

—লেঙশিনবা য়ারগনি তাদা।

ব্রাহৈ অহু লোইবা ফাওবা তাবা ঙমলমদে চঙখি। চৌকিদা ফম্লম্বদগী কৈল্যানী ফুক হৌগৎলহুনা ফাইল অমা পায়-হুনা থোকখি। পূমঙক ঙকখ্রে। মঙগা চপ মান্নখ্রে।

মেনেজরহু ঙাইঙমদনা হংলকই,

—করি লৈ তাদা ?

তোম্বা মশাহু থক থক নীক্লে। ঙৈহাক ব্রা ঙাঙবা থোক্কে। অমুক্তং শ্বর শাংনা হোম্বরগা হায়রকই—ওফিস অসি অস্নুম হায়না তৌরবদি, ঐখোয় থবক তৌগদবা হঙ্গোইরে।

মরক থংলগা মেনেজর অকংবা মীনোক অমগা লোয়ননা খুমলকই—কৈল্যানীগী ব্রারা ? ব্রারৌগন্নু তাদা। অঙাং অমতা কারক্রুহুনা ঙসাইদগী ঐনা থবক অমা শীজিন্নহুনা লৈরিবনি।

মখোল থক থক নীকপা মখৈ হায়রকই—ইবুংঙো ঙসাইদগী কৈল্যানীবু সিদা লৈব্রনে ?

—মাদি তাদদা পাউ অমা পীরুগে হায়বনি। ঐনা শোয়গ্রে ন্নারৌবা ন্নাদে।

তোম্বা মখুত্তা পায়রম্বা চে অতু শুরু শুরু নৈশিল্লি। শাউবনা মমীত্তু ঈ কায়। অতুবু করি ভৌরুনি।

হায়রকই—ইবুংঙো, নয়াম্বা অহলসু ওইশিল্লক্লে, থবকসি ঙসিদগী পোত্থাজরগে।

॥ ১৯৭৫ ইং ॥

## গী রচনা

হূই য়ূম্‌দা য়োকপা মপুনীংবা শানি। মহাক্কী মখোঙদা থোৎরবা খূজিল পাল্লি, মতুনা য়েক্লবগা লম্বা তৌবদা খূৎলাই ওইনা শীজিন্নৈ।

মীওইবনা খুদোংথীবা কয়াদগী কন্নবগীদমক, হূরান চীম্থিদগী ঙাকথোক্লবগীদমক হূই লোই। অতুবু ঐদি হূই কি।

“হূই চিনমু শিরে।”

খেন্নরিবদি মসিনি ঐনা পাও অসি তারগা মুংঙাই, পেল্লি। অতুগা মখোয়না শাউই, মথম্মোয় শোক্লা কপ-লাউই। হিংলিঙৈদা হূইতুনা চৎলম্বা লমচৎ-শাজৎ ঙসিস্তু ইমীৎসিদা শং-শং উরি। নোংমা চূপ্পা পাঙলুরবা মীৎ চোকথরক্লম্মী। তপ্পা তপ্পা মথন্তা অস্নুম্মক উইথজখিরম্মী।

সহর অসি পূমওল ওল্লে। য়ুম, তুকান, লম্বী পূম্নমক পূমমম মমলে। ইশং কারবা সহরগী লম্বীদা হূই নত্তনা জীব পানবা অমত্তা চৎখিদ্রে। ঐগী ইমা, ইপা, মরূপ মপাং মরী মত্তা অমতা থিবা খঙদ্রে। মখোয় হূইগী চীঞ্জাক ওইগ্রবরা! নত্রগা হূই ওনগ্রবরা!

—ওল্লে ঐখোয় ঙম্না হূই ওল্লে

হন্নুবীতূনা খুমলকই

—নঙ কনানো

—নহাক্কী নমানি

ঐমক্কী ইমাস্তু মশা মখৈ হূই ওনখ্রবা!

—নহাক নীংশিংলিদনা নোংমা ইবেনবোক্না লীবিবা হূইনা মীওইবগী মরক্তা তিনখিবগী চাকঙাই ৱারী অদো

(নীংশিংলি।

চহী চা কয়াগী মমাঙদা নোংমা শাদানবগী তেন্না তান্নরক্লবা হূইনাও অমখক চীঙলোন লান্না চেল্লক্তুনা সনা কোন্নুংদা চঙলকখি। নিংথৌদা চঙজফম নীরখি। মীন্নুংশি চাউবা ঐখোয়গী ইনিংথৌনা মহাক্কী চঙজফম পীখি। হৈশিংলবা শাজৎনা ইনিংথৌবু লায়না শুমহৎখি। তপ্না তপ্না ইনিংথৌনা খ্বাইদগী অচানবা মনাই অমা ওইখি। নিংথৌনা চৎপদা পোত্থাবদা ৱায়েলথৌদাদা মহাক ইতৎ তত্তনা য়াওখি। নিংথৌগী হেক মথংদা হূইনাওবু লুনা তৌজবা অর্মদি মহারাণী অতোম্বী অদুনি। মহাক মচা পোক্লমদে। অদুনা মহাক্কী অহাংবা মতমগী অৱা পোত্থাফম হূইনাওদুগা লোইনবতনা ওইখি।

চহী অদুমক্তদা মতম কুইনা মমীত্তা মচা উবা ফংজরক্ত্রবা মহারাণী মীরোল্লে। নিংথৌনা থাজে – হূইনাওনা লৈবাকসিদা লাকপদগী লৈবাক্কী য়াইফ খেনফম লাক্লে। মহাক্না ৱাশক্লম্মী—

করিগুম্বা পোক্লকদৌরিবা অঙাং অসিনা মুপা ওইরবদি সনা তাংক্লল মাগীনি। মতম চানা অঙাং উল্লখি। অদুবু অঙাং অদো মী ওইনা পোক্লক্তে। মকোক মখৈনা হুই অদুগা মশা মখৈনা মী ওইনা পোক্লক্লে। সনা ঈনি, মচা ইবেম্মনি লেম্না মাঙফদে। নিংথৌগী অচানবা মনাই হুইদা মচা ইবেম্মা থাজখি। অম্মুম্না হুইনা মীওইবগী মরক্তা তিনখি।)

—নীংশিংলি, লোইনা নীংশিংলি

—হুইগী লমচৎ, হৈশিংবা তাৎ খঙলেদনা

—অদুবু হুইনা মীওইববু অম্মুক লৈখা তানা লায়না তুহংপা ঙমগনি হায়বদি থাজরুদে

—হৌজিক মীওইবগী মিংদা হুই চিনমুনা লৈঙাক মপু ওইরি। হুই চিনমু অমা শিখি, হুই চিনমু অমা হিঙ্গংলকই। হুই চিনমু অমা শিখিনি, অমা অমুক হিঙ্গংলক্কনি। মখোয়গী রায়েল মখোয়গী লৈঙাক নহাক খঙলব্রা

—অশোনবা য়েংদুনা তুহংপা, নৈখাইবা, অচুম্বা ফজবা শেমগৎপা শাগৎপগী মিংদা মতুংশোনবা কনা লৈজব্রবশিংগী হকচাংদগী ঈ হোগাইদুনা থকপা নব্রা? অদুবু ঐনা হংলিবদি, মদু খঙনা খঙনা নখোয়না করিগী হুই ওন্দুনা মখোয়গী মরক্তা য়াওরিবনো

মশা হুই ওল্লবী, কুচু তাইরবী হন্নুবীদো মমীত্তা পি ঈরা চেল্লম্মী। খুইরবা মমায় অদুদা পিশিং অদুনা শন্দোকখি। ঐঙোন্দা চিংদুনা মখা তারকই,

মতম অসিনা ঐখোয়দা হায়রি

—হিংদুদা লৈবা পাম্নবদি শা ওল্লু, শাহিং চাও, ঈ থকউ। কনাম্মু য়ানিংখিদে, য়ানিংদ য়ানিংদ পুম্নমক মানা মানা ওন্নিংবা শা

ওনখি। হূই ওনগ্রবা মীওইবনা মশীং হেনগ্রবদা, হূইনা নিংথৌ ওইরে, হূইনা ৱায়েল্লে। লৈপাক ঙাক্লে। করিস্সু থেম্নদে মতম অতুগী লৈঙাক পথাপকা ঙসিগীগা। মিংত্তা খেংনবনি। মতম অতুদনা মপাঙ্গল ফবা, মথৌনা লৈবহুনা নিংথৌনি, মহাক্না পূম্নমক্কী অস্সুপ্পনি, মহাক্না হায়বতু অচুম্বনি, অফবনি। হূইশিং অতুনা হূই ওল্লু য়াদবা মীওইশিংবু ফা ফাতুদা অফবা অচুম্বা শেমগৎ শাগৎপগী মিংদা মঙকশমদা থৌরি থু জিল্লগা লৈতঙ্গাই মথক্তা চিংতুনা পুগনি। অতুদগী থোরকপা ঈ অতু মখোয়না থক্কনি। অস্সুম্না নহাক্কী নপা অতুস্সু হূইগী চীঙ্গাক ওইখি। মহাক্না হায় শা ওনগদৌবগী শরুক শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ।

—শা অতু হাৎতোকপনা হেন্না ফৈ। অতুগা করিগীনো ইপানা হায়বা ৱাতু ইন্দহুনা অতুক তুক্কচনিংঙাই ওইবা জীবতু ওন্দুনা হিংলিবা?

হম্নুবীতু মরী ইরৈ লৈনদনা নোক্লম্মী অতুগা হাইরকই
ৱারী অমা লীগে।

নোংমা হূই নিংথৌ চিনমু প্রজাগী অৱাৎ-অপা য়েংশিনবা লৈৱাক কোইনা চৎলম্মী। মতুংদা লৈবাকসিগী হূইয়াম পূম্বা ইন্নে। পূম্নমক মনিংথৌগী য়াথং অমতা ফংনবা হোৎনবদা মহাক্কী থৌজালগী মীৎয়েং অমতংগীদমক মখোঙ শোক্তুনা সেবা তৌই। মখোঙতু শোক্লবা হোৎনবদা মখোয় মশেন চিক্লৈ, লাউনৈ, হাৎতোক্লৈ। লম্বীদা-নিংথৌ চোকথরম্মী, অরাম খোরাংলম্মী। মহাক্না চরামননা য়েংখিবদা উরম্মী—

মপুরোইবগা শেৎনরবী, মশা শোল্লবী কনা লৈজদ্রবী মদোম হিংনবা হোৎনবদা, মচাশিংগী থনবদা থুবৈ অমত্তা নাম্থোকপা ঙমজদ্রবী হুগী অমথক মতমবাক্তা মচা পম্নহুনা খোম ইন্দুনা

লৈজবা। মহাক্কী মনাইশিংনা মনিংথোগী মীৎয়েং অতু খঙই। মমৈ অতু মকরাং লোনশিল্লহুনা মমা মচা তম্না চঙখিহুনা মতম-বাক্তা চেংনা কোঞ্জরিবী মচা পিশক অতু মুন্দুনা পুখিরম্মী। কিজবনা খাঙজখি মমাদা কোন্দুনা। কোঞ্জে কৈদৌনি মীৎকুপ অতুমক্তদা করিস্থু খঙজখ্রিবা পিক্লিবা অঙাং অতুবু মমাতুগীস্থু মমাঙদা নিংথোগী থৌরবা মখুজিন্দুনা শেগাইহুনা চাখি। মতুং ইন্নরিবা অচানবা মনাইশিংনা অরাম খৌরাংবনা চোকথরবা মতিন অতু ফাথরহুনা য়েংহুনা লৈ। চানীংই, থক্লীংই, শদোং মচেৎ অমতং ওইরবস্থু, ঈ মরিক অমতং ওইরবস্থু। অতুবু হায়জবা ঙমদে মীৎনা ফাওবা হঙ্গৎনা য়েংবা ঙমদে। নিংথৌনা ঈগী নিশা পাল্লহুনা নোক-খেবতু উরগা নোকনীংদ্রবস্থু নোকই, খোংই মখোয়গী লামলবা মপূক্তু পায়হুনা।

মচেৎ মচেৎ শেগায়রবা শদোং, নিংথৌগী খয়াৎতগী চোখ-হোবা ঈ মরিক মরিক লৈমায়দা ইচাই চাইনা তারি। মনিংথৌনা পেল্লহুনা হোগৎঙ্রবদা চেনশিল্লকই, মহাক্কী অচানবা মনাইশিং। চারৈ, লেকলৈ অরেম্বা শদোং, লৈমায়দা তারিবা ঈ। মুন্নৈ-চিক্কৈ, হাৎতোক্কৈ শদোং মচেৎ অমগীদমক, ঈ মরিক অমগী-দমক। শোন্দ শোল্লবা মপাঙ্গল লৈজদ্রবশিংনা ঙাইহুনা লৈ মখোয় পূম্বনা মপুক থল্লহুনা চৎখিবতু।

মমাদো করিস্থু তৌখিদে। করি তৌরুনি কপ্পা, চৈবা (মতুস্থু মুংদতা) নত্তনা। কাইনথংদা পুন্সিবু করিস্থু ওইদনা খল্লকই। মথাদগী মচা মুনখিবগী অরাবতু কাউথোক্লগা, ঈ মরিক অমগীদমক শদোং মচেৎ অমগীদমক, কপ্পা চৈবা খোংবা লাউবা পূম্বতু তোকথোক্লগা মহাকস্থু মানা ঙমজবা শক্তিদা মমীৎ অতু শুক্তোক্লহুনা ঙমজবী থানা খোংলহুনা মীয়ামগী মরক্তা তিনখি। মহাকস্থু হূই ওনখি।

—ইমা নঙস্থ অস্থম্না ওনখিত্রা
শ্বর ফুনগৎগ্রমাল্লে ইমাদো তুম্মিন্না লৈখ্রে।

মতম অমদা তেক কায়রবা চেকতুম ম্নুঙন্থমশিং অসি সহর অসিগী মচুশংলবা মীওইবগী ফুড়া দলান ওইরমগনি। মীওইবনা মন্থ শাগৎপদা চক কয়া চঙলমগনি। ঈশিং-কংফাল-কোঙ্গোল অন্থদগী জীব! ব্বারী অন্থ কনাস্থ নীংশিংনদ্রে।

হৌজিক অমুক শাগৎপা য়াররোইদ্রা। মীনা হুই ওনখিবনি হুইনা মী ওল্লকপস্থ য়াফম থোকই। মীওইবগী ব্বারী অমুক চৎথরকফম থোকই। অন্থবু খঙদে করম্বা মতমদা রচনা অসি লোইগদৌরিবনো?

॥ ১৯৭৩ ইং ॥

# হনুবা অমসুং য়োংয়াম

মথায় থায়না আ : মথায় থায়নদগী হিংলক্লবা, মখোঙ মখুং পঙথরবা, মমীৎ পাল্লি উদ্রবা, মনা পাল্লি তাদ্রবা হন্নুবদো অরেঙবা.পানগী চৈনা খাঙলদুনা ঙসি ফাওবা লাউখোংলি

ঐ ব্লারে খাঙবা ঙমদ্রে, ঐ ব্লারে

কনানস্নু তাবিদে। কনানস্নু থৌশাবিদে। অদুবু লেপ্পা লৈতনা লাউরি

ঐগী ইখোঙ, ঐগী ইখুং মখোয়না পঙথহনবনি। ইমীৎ তাঙহনবনি। ইনা পঙহনবনি। অদুগা মখোয়না ঐবু খোঙগোইনরি, চৈরি—পাঙদবা, শুনিংদবা, মীরেম। অরানবা ব্লানি। ব্লারী অদু লৈরি। মখোয়না অচুম্বা শাবা য়ারোই

নোংমা

নপু নবেম্না ইঙ্খোল কোইরিডৈ, পান থারিডৈ মখোয় (য়োং ময়াম)

লাকখি। কূম্মেগুম্না ইকোয় কোয়শিন্দুনা য়েংলৈ অতুগা হংলৈ

১—ইপু করিনো থাৱিবতুবো

—ইশুশা পান থাৱিবনি

২—কদাইদগী ইপু ওন্নরে নোংমা নীনিদা মউ ফানবা মথা থাবা হৌনৈ।

৩—স্নুম তৌরো ইপু পান অতু নীংথিজনা চক্ন অমদা পেৎ পেৎ লাউনা ফুংতোক্লগা লা লাতোন অমদা য়োমশিল্লগা থাউ। অতুম তৌরবদি ইপু, নোংহেক ঙানবদা পান্দোং চাউনা লেক লেক লাউনা লেপমুক ৱাংনা হৌরম্লগদবনি।

থাজরুই নপু নবেন্না। মখোয়না শীং থিরকই। নবেন্না ফুংলি। নপুনা থাই।

নোংঙাল্লে মখোয়না হায়বগুম নোংহেক ঙানবদা য়েংলুবদদি কাংখুল খুদিং পান্দোং ফানা লেপ লেপমুক ৱাংনা হৌরমই। হরাওরুই। মুংঙাইরুই। অয়ুক্কী লিক্লা মরক্তা, মুমিৎকী মশেক্লা য়ৈরি, মুংশিৎনা লিরি শিৎপদা পান্দোং ফারবা পাম্বীশিংনা হাই হুমলি। মতু উরুবদা নবেন্না হঞ্জিন হঞ্জিন থাগৎলি।

—ইশুশিং লৈজবগী কান্নরে। থবকসিদি ৱায়েন কাটি মরম লম্বী চুম্না তৌগদবা ওইরে। ফরে! মকা খরা হেক্লসি অমনা গুরুশিদবদা কৎলগা মহাও য়েংলসি, খরনা ইশুশিংদা পীখিনবা।

নবেন্না মকা অমা গুরুশিদবদা কৎলগা নীংথিজনা থোংলে। অতুবু চারুবদদি পূম্নমক য়োং তাৎ ওইরমলে। ইরেঙ লেঙলে। ওম্মোইনা থাঙখি নপু নবেন।

অস্নুম্না শাগৈ ঙাই লৈজদবা মীচং লৈজদবা ইচা-ইমৌ লৈজদবা ইবুধি ইরৌশিং ৱাৎলবা, শুজনোমজরগা হুমাংমন্তনা হিংজবা মতু শোল্লবা কয়া থি-থিতুনা মখোয়না ওৎলি, তুহৎলি।

মখোয়না থওই নপু শোল্লে, কনা লৈতে। অতুনা মখোয়না উশিৎতে, তমথি তমথিরবা ফাগি কয়া তৌতুনা পুন্সিবু লক্নে। করেমনৈ। ঐখোয় য়াই মপোক থীরকই। মপোকথীবগী মচা মপোকথীরবা ইপানা পোকপা মপোকথীরবা মচানি ঐখোয়। অতুবু মখোয়দা নোংমতা য়েংলুবা লৈতে। শুজ নোমজরগা হিংজরকপনি। লৈজবা লম মচেৎ অসিদা ইপাঙ্গলনা কোইজরগা ফংজবা মনা মশীং মহৈ মরোং য়োঙ্গরগা হিংজবা নপু নবেম্মি। ঐখোয়স্ু মীনি, মখোয়না মপা মুংশিবগুম, মমা মুংশিবগুম, মরূপ মপাং মুংশিবগুম, শাগৈ নাতৈ মচা মগু মুংশিবগুম ঐখোয়স্ু মুংশিরিবনি। ঐখোয়স্ু য়েংনিংই ইমাগী অনোকপা মমায়, ইপাগী, ইতুগী, ইচাগী। ঐগীস্ু মখোয় কয়া লৈরম্মী ইপা-ইমা, ইপু-ইবেন, ইচা-ইগু। মখোয়গুম্না নহা ওইরম্মী। অতুবু ইপা-ইপুগী চাকথুং ফিথুংদবা মহিং অতুদগী থুবৈ অমা ফাওবা লিখৎচবা ঙমখিদে। লিখৎকে হোৎনজৈ ইথক্তা নেৎথরকই, ইখোঙ লাক্তুনা চিংথৈ, অরেঙ অরেঙ পুৎথৈ। মখোয়না য়োংখি মখোয়না নৈখাইতুনা হাংখি

ইপা (—"নপা খুরুমজহৌরোলাউ"

ঐ ইঙক ঙকখি। মতম অতু ঐ চহী নীপালমুক্তা ঙায়রি। অয়ুক চুপ্পা অমা ইপাগী মতমপাক্তা শান্নজহৌই। মহাক্না হায়খি—'মরম ওকউ, ইপানা গুরি নোমলিবা নহাক্কী ঙাক্তনি।'

ঈনা ইঙাঙ ঙাঙনা তৈরবা ইপাগী হকচাং পুথরকই যণগাড়ী মথক্তগী। ইমা কপই, অবোক কপই। অতুবু মহাক হৌগৎ-লক্তে। ইমা নহা ওইরি, ঐ পিক্লি। অবোক হম্মুবী অমা লৈ। ইপানা নোংমগী ফংলকপা থুংগুমলনা ঐখোয় হিংই। ইপাতু চেক শূই। হজিরাদা মীগী ফজ-ফজরবা য়ুম কয়া শাই।

মখোয়না হায়

১—চেক নীংখায়রক্ত্না ননবনি

২—শগাইদগী তাবনি

৩—মথন্তা চোংথদ্না শিজবনি

৪—মথন্তা ওন্থবা য়াবা পোৎ নত্তেদা

৫—হাপ্তা মুক্কী মমাংদা বড়-মিস্ত্রিগা শেলগী নিঙাই খরা তৌনখি

অশেংবা পাউ ফংদে )

ইমা—( ইমানা হায়—অবোক য়ুমদা শুম লৈবা সিনদি কানররোই মপান থোক্ত্না য়েঙ্খাংলা নাপিরা য়োল্লুরগে ।

অবোক্না খুমই—'কদাইদগী রানোদা অদুক নহা ওইরিবা নঙনা করি য়োল্লুগদৌরিবনো ? নমাপোক্কী তৌরকস্নু নত্তা ।'

—'থোকঅবা অমা লাক্কনি । ইচে ইবেমচানা লুপা কুম্থ্রাদং পুরকউ মাগী মতুং ইল্লু চেঙ তাইরুসি হায় । কৈদৌরুগবনো কোন্না অমুক লাঙশিনবা হায়বদ্নি—ফনেক ময়েক নাইবসি বঙ্কোব হেক থমদোকলুরগা লোইরে ।'

অবোক খুমখিদে । মথঙগী নুমিত্তগী ইমা নুমিদাংরাইরম খুদিং ফৌরানবা চৎখি । নুমিদাং নুমিদাং চক্রী তক্ত্না অথেংবা ফাওবা শূই । চজিক চখোম অমা চারগা, নহা ওইরবা ইমাগী কোক্তা থুম্মোক চেঙকোক অমা পুরদ্না ইনে ইবেচাগী মতুং ইনখি । নোংমা ইমানা অমুক হায়রকই—ইনে তমুবী থেংনৈ লম্বীদা, নুংঙাইত্রমাল্লে ঐনা থুম্মোক অমগা লম্বীদা চৎপদু । লুপা কুনদং কাংকৎ কৎলগা মাগী মনাক্তা ফিদক য়োনবা য়াওরো হায় ।

—কদাইদগী অহুদি ললোন শেন য়ামত্রবদি, ঙানম-থুমনম পোং নত্তেদা।

—শেন্দোই কারগা পুবা য়াবা শেল লৈ, মা পুবিগে হায়য়ে।'

—খঙদ্রে নঙনা শুম ফৈ হায়বহু তৌরো ইনেমদি ইপঙ পঙলে।

চেঙকোক ললোনবা তোকখ্রে। মুংতিগী অয়ূক চঙ্কিক খরা চারগা কৈথেল কাখি। মুমিদাং পূং ৭/৮ মুক্তী অহুরাইদা হল্লকপদা নোংমগী চেঙ-চাক য়েঙ্খাং-নাপী পুশিল্লকই। অহাওবা চাদ্রবস্থ চরামক্তি হেন্দনা হিংলকই চহী অমা অনী। মুমিৎ অদো তাইবংপান পূম্বা ইমম মমশিনখি। ঙসি ফাওবা ইমীৎ অসিদা শক্তমশিং অদো শং শং উরি।

ইমাগী হকচাং, মফি থোংদ্রবা ইমাগী অশিবা হকচাং, য়োংয়াম্না হোগাই-শেগাইবগী থুজিন মমিনা য়োম্লবা ইমাগী থবাক, ঈহিং নাহিং শানা শেগাইরবা ইমাগী ফিম্মুংগী হকচাং কয়াৎ। ঐগী ইমানা ইকাইবা খঙদনা লম্মাং অহুদা মীয়ামগী মাঙদা লঙজা ক্বাকনা শেগাইরবা অশিবা শনগুম তাহুনা লৈরম্বদো! ঐ করি তৌবা ঙমখি!

মমীৎ পেন্না য়েংখি শারমচৎকী করাম্লবা মমীৎ লীশিং লীশীংনা। কনাস্থ থিদে মরম, নোকই, কাঙবু কাঙবু অরাপ্পদগী অনকপদগী লাক্কুনা য়েংলৈ। মখোয় পেল্লি, মখোয়না চৈ, ঙাঙনৈ

১—লৈহাউনি, ফিদক য়োনবী লৈহাউনি

২—মরমচৎ কামলবদি সিঙাইদনা

৩—কয়াম মরীন লৈরদনা মসিদা থোকচগে হায়হুনা থেঙনা কৈথেল কূমলক্লিবা নত্রদো

৪—মশানা খরা য়ানিংদনা ওইবা য়াবা হৌনদেদা

অবোকতনদি কপখি তেংথা নাওইনা—'মরায়বক থীরবী মুপীনি পুন্সিগী মুংঙাইবা ফংজরকত্রবা।' অম্মুম্না ইমা লোইখি।)

লোইখ্রে, ইমা চৎখ্রে। ইশু ইবেন্তা ঙায়হৌরে। মতম অদো ঐ চহী ১২ তা ঙাইরি। ঐনা করি তৌরুনি। নাক-য়েৎ মাঙ-তুং য়োংনাউ-য়োংজাওশিংনা ইকোয় কোয়না চোং ফল্লি লাউখোংলি চিক্কদবগী, তুহৎকদবগী। খুয়া তুশিংনা হিংগে মখোয়না চানবি-হনগে হায়রবদি ইশাগী ঈ খুজোক খুজোক মখুয়াদা তুহ্না কৎলুবা তাই। নত্রবদি কোৎথোক্নুনা ইয়াদগী উহৈ-ৱাহৈ মুন্দুনা চাগনি। মতা ফবা উশাদা তোংহুনা মপুক থন্না চার থক্লগা লাউখোংলক্কনি—নুংঙাই য়াইফবা লৈবাক প্রজানা লৈঙাকপা, মাননবা হক।

মখোয় মশেনস্নু খৎনৈ, চাউবা তাননৈ, মীচং খোম্নৈ, শক্তি মুন্নৈ। মখোয়গী, খৎনবগী খুংলাইনা অপাংবা মীচম। ফংফম থোকপা মহৈ মখোয়গী, ফংফম থোকপা মরান মীচয়গী। অহুনা পাঙ্গল শোল্লি শোনফদে, হকচাং ঙমদে ঙমদফদে, নাবা য়াদে, ৱাবা য়াদে। য়োংয়াম খৎনরে। কৈথেল কায়রে মীয়াম চেল্লকই। করিগীনো খঙনদে, হংনদে। মান মান থোকপা পঙচেন্দা চেল্লি।

ঙৈহাক্কী মমাঙদা য়োংয়াম পরেং চৎখি। লাউ খোংঙহুনা, লৈবাক্কী য়াইফ থৌগিনি হায়, চাকহোংনবনি হায়, লাইর অনং তেম্নবনি হায়। অস্নুম্না থোক্কনি খঙদবনিনা তিকশিল্লুরবা চনা-শিংহু পুরহুনা হল্লকই ইশু ইবেন।

নোংঙাল্লে। লাউথোরকই খুল্লাকপগী ফম্নাইবনা—'কৈথেল থিংলে। মী অনীশুনা তিনবা য়ারোই।'

পত্তুনা মাঙখিবনা চনা য়োনবী ইশু ইবেনগী চনা। পুক ককখি।

—ইচাবুস্নু ঐগী অমতা পোকচবা ইচাবুস্নু মখোয়না হায়বা ইন্দবগীদমক, শারমচৎ চৎলু য়াদবগীদমক—হায়ফম থোকপা ৱাকৎ, হায়ফম থোকপা ৱা হায়রুবগীদমক মরান কয়া থৈজিন্দুনা থম্মীরে মখোয়গী শারংদা। শোল্লবা নপুনা করি তৌবা ঙমলুগনি। করিস্নু তৌবা ঙমখিদে, করিস্নু হায়বা ঙমখিদে। হঞ্জিন হঞ্জিন য়ানশিল্লকলি চৈনা ফংতুনা লৈরবা অশোকপা হকচাংশিংদা। অপঙবা সি, লক্কে করেম্মে। অচা পানবু লমবান ওলহন্দুনা অচুম্ববু লালহল্লি।

নপু শিক্রি, অরেংবা পানগী চৈনা খাঙতুনা হিংলি নপু নবেন। মখোয়স্নু হিংলি। চৈনা খাঙবদা চোকথরবা নপুগী হকচাংনা পঙথক্রবদা নবেন্না তেংথা নাওইতুনা কপচৈ। তেংথাখোন্দু তারগা মখোয় হেক হেক লাকই। মুংশিবিরৈ, হংলৈ

কৈদৌরে ইবেন ?

পাম্বৈ লৈজদ্রবা নবেন্না খুমই—নপু কৈনো অমা তৌখ্রে ইশুশা, পান চারুবদগী কৌবা তাখিদ্রে।

মখোয় ময়াম ইনাক্তা ইকোয় কোয়না চঙশিল্লক্কুনা হেক হেক ৱাবিরৈ, কূম্মৈগুম য়েংলৈ, কপ্পিরৈ, তেংথাবিরৈ—নপু লিলি কাকা, কাকলি ইপু শিফরোই, খমন্নুং শন্না তানফরোই হা ইপু মুঙওল্লো, হা ইপু মুঙওল্লো।

॥ ১৯৭৩ ইং ॥

# উচিশিংগী পুন্সি

### অমা

কাইনথংদনি উচি মতৈ-মনাও অতুনা ময়ুম অমতং লিংবা ঙমজরিবসি। কয়া রানা লেল্লক্লে, লৌরিগী অহোবা মখুন্দা রাখোংগী লৈখুন্দা, হৌদোং-লিল অতুগা চোংলম চাদবা মুপা মচাশিংগী থুবাক মরক্তা।

মফম অসি তাঞ্জা চারুবদগী অহীং অমা থেংনকুবনি। মায়কৈ মরি ইখা থাজিল্লি। মপান্দগী য়েংবদদি ফন চাউনা উই। মথক কুপই। অতুক চেকশিন্না থাখ্রবা অতুদা পীক্লবা মখুল অমথক থেংনরম্মী। মতৈ মনাওছু হৌনরুবা ভৌদনা য়েংনৈ।

—ফংবু ফংজৌ হায়রদি লৈরেদনা !

অমুক মখা খস্থবা ভৌদ্রে ময়ুম থিবদা চোকথরবা মতৈ-মনাওদো শিন্ম শিন্মতুনা খুদক অহুমক্তদগী পীক্লবা মরাশিং অতুনা চিকপা হৌরকই।

অয়ুক মুংথিন্দনা অশিবগুম তুম্পক তাশিন্দুনা লোৎলি শাইজিল শায়াদা। অহীং কয়া য়ারী য়াখোং চাথংপা মখৈ চীকচরকপগী মপাম্না মখুল অমা হুৎচরে। অতুবু মতৈ মনাওনা য়ারেকচবা য়াবা মফম অমতম্মু মন্নুং অতুদা ফংদ্রে। থারবা লাইরিক মরোল মরোল পৈরি। শুজমন-নোমজমন নত্তনা মপুন্সিদা কনামতগী মিন্নুংশি মচেৎ অমতা ফংদ্রবা মতৈ মনাওদো হনবা লৈতনা অমুকম্মু হৌরকই, ফিনা থানা য়োম্লবা লাইরিকশিং চিকথৎপা।

অম্মুম্না মুমিৎ কয়ানিগী নোমজমন্না মকোন অতু শেমজরে। নোংম নোংমগী চেনশিনজরকপা নাপী শীংনাংশিংনা শেমজতুনা শিনি কাওনা পাঞ্জরে। হৌজিক্তি আশাগী মঙাল অমা লাক্লে। শাগৎচরকই তুংগী মঙলান কয়া—মচা অতুগা মশু।

ইকুই কুইদনা মচা অহুমম্মু ফংজরে। অয়ুক মুংথিন্দি য়েক্লববু কিবনা মকোন্দা অশিবগুম তাশিন্দুনা লৈরবম্মু মুমিৎ হেক তাবগা কোয়না চৎতুনা মচিঞ্জাক থি, চেনবা চোংবা ঙমদ্রিবা মচাশিংগী।

মরেক মহাও লৈনা পাঞ্জরে পীক্লিবা মচাশিংবু চেৎনা কোঞ্জ-রতুনা। মচানা নোকপদা মচানা হরাওবদা মখোয় নোকই হরাওই। কাউথোকই ব্রারুবা, তেকথৎলি চোকথবা।

অতুবু নোংমা মুংথিল অমা মখোল অমা তারকই। মখোয় পুম্বা তুমলম্বদগী মীকপ থংথোক থোক্লকই। মমীৎ মনা য়ুংই। য়েংথৎলুবদা উরকই মুপা অনীথক। মথুৎতা চৈ অমা পায়। মতৈ মনাওদো তুমপক তাশিন্দুনা মচাশিংতু চেজেৎ কোনশিনজৈ।

অমমমতা ওইনা থাংদোকথ্রে। মথক্তা পৈরম্বা লাইরিকশিং অদো। করমদি তৌনি হৌজিক। চেনবা নত্তনা উপাই লৈতে।

অহুবু মচাশিং অমতন্সু চংপা ঙমদে। মচাশিং অহুবু চেন্দুনা পুবগী শক্তিন্সু লৈতে।

হৌনবা তৌদনা য়াংনা চেম্বোকখ্রে মতৈ মনাওদো তান্নরকই চৈতুপ পাইবা মুপা অহুনা। মশা ফাওবদি কঞ্জহৌরে।

ফমথক্কী সগাইদা লেপ্পহুনা গতি লৈত্রবা উচি মতৈ মনাওদো য়েংথরকই।

মতম কয়া চংনা শাজবা মহুম অহু ইশে শেগাইবীরে চৈরকই,

—মরমচং অসিননি উচি ওইনা পোক্লিবসে। মখোয় অসিতা তুম্নবা হাংলগা লোইরে।

পিক্লিবা, মমীং ফাওবা নিংথিজনা পাংবা ঙমজদ্রিবা মচা অহুম অহু য়েরুবগী মখুং চনখ্রে।

পাম্বৈ লৈজদ্রবা উচি মতৈ মনাওদো, মমীং কুপ্ত মখৈ য়েংলি,

শিদগী করি অমুক তৌরক্কদোরিবা ?

॥ ১৯৭৩ ইং ॥

# উচিশিংগী পুন্সি

**অনী**

মখুল অতুদা মকোক লিৎথোক্লকুনা মশা ৱাই শংদ্রবী উচি অমোম অতুনা মুমিৎ তাবা ঙাইতুনা লৈরম্মী। মুমিৎ হুম্লি শুগ্রে লাবতুনা হল্লক্কবা। মশাসু নোংম-নোংমগী লুমশিল্লক্লি। মুমিৎ হুম্লি অতু ময়াদা করিমত্তা চিকপা ফংলক্লি।

অশ্বাই ফাওবদং চত্থোক্কুনা মচীঞ্জাক থিরুগদবসু মশানগা লুম্বনে, চারক থক্লক্কবনগা মপাঙ্গল শোনবনে, ইচিং চিংনৈ। অতুগীসু মথক্তা হোদোঙ অমুবী অমনা মহাকপু তত্তনা শেন্নরি। লময়াইদা, ফমথক্তা অমসুং মমাঙদা হোদোঙতুনা তুবৎ তুবৎ চৎপতু উই।

য়ুম্মুশিং অতুনা করি করিনো চারি। হৌনা হৌনা নোক খেনা লাঙলি। চখোম অমত্তং ওইরবসু হোদোঙ অতুগীদি শরুক তমই। মখোয়না চাখিবগী লেমহৌবা চগুম, লুখাক ঙা মরু অতুতা চাজরবসু মাগীদি মপূক থনগনি। অতুবু থোক্কুনা

হৌদোঙগুম থৌনা ফনা চারুবদি ঙমদে। মখোল অমত্তং তাবদা মমীৎ-মনা চপ মুংই, লাবতু হল্লক্লবোই নীংলুই। লাক্তি লাক্তে মপূক্লিংদা ব্বারৌই—"মুংশি হৈতে" হায়না।

ইখঙ খঙহৌদনা অনকপদা মনম অমা নমলকই। মুমিৎস্মু তাশিল্লক্কদৌরে। চেম্থোক্তুনা খোঙ্গুল লীনিংলুই। অতুবু হৌদোঙ অতু হেক নীংশিংলকপদা শোম্বরবা মশাগী খনবদা খোঙ থাংবা থোক্তে। মনম অতুনা মহাক্কী অরাম খৌরাংলিবা পূক অদো হেন্না লৈতাহল্লমদে। অতুনা মহাক্কা মমশিল্লকপা ঙাইতুনা লৈরম্মী।

অহীং অদো নোংস্মু কন্না তাই। ইচিক চিকই। লাবতু লৈরিঙৈদ্রদি, পাঙ্গল ফরিঙৈদদি, ইমুঙ অসিদা মনীং-মখা তৌনা লাঙজ-শান্নজব ফাওবদি ফংজরস্বনি। অতুবু ঙসিদি মঙোন্দগী মকোক ফাওবা মপূং ফানা লিথোকচবা ফংজদ্রে।

কাইনথংদা থৌনা অতু লাকই। চাদতুনা শিবস্মু শিবা হৌদোঙগী খয়াত্তা তাতুনা শিগু শিবা লাইবক য়েংলগে লেপ্লে। মকোক অতু মপূং ফানা লিৎথোক্লে। অতুদগী মখোঙ থাংদোকই, মথং মথং মশা লিৎথোক্তুনা নাশোন পীক্লা মকোন্দগী থোক্লক্লে। ফমথক সগাইদা কাখৎলে।

পোৎ অতু থেংনরে। মতিন য়োৎলি, ঙাইবা ঙমদে। হোৎচিন্দুনা চারুই। মথস্তনা মুমিৎ নীনী চাতুনস্মু লোইররোই। মহাক্কীদমক তম্বিক্লবনি খল্লি।

মপূক থল্লবা কান্দতা ব্বাখল অতু লাকই। হৌদোঙ অমুবী নীংশিংলকই, হল্লকহৌদ্রিবা লাবতু নীংশিংলকই।

চাবা মথৈ চারবা তুংদা মকোন্দা হল্লগে হায়তুনা মমায় হেক লৈথোকপদা মকোক অতু খংঙাও ঙাওখি। মশা অতু

পৃমপগু পগুথরে। মপূক অত্থু প্রোক প্রোক চাকথেক্লে। অমুক্তং হৌনা কম্থীথোক্লা চেল্লি মকোন ফাওবতংদি য়োহৌগে থল্লি। যৌবা গুমদ্রে। মশা লুমলবা উচি অয়োম অত্থু কোং মথাদা তপ্লা তপ্লা মমীং উইথক্রে।

হৌজিক্কা তশেংবা থগুলকই—মচিঞাক থিবা চংথিবা লাবত্থুনা করিগী হল্লকথিদবা।

॥ ১৯৭৩ ইং ॥

# মিরাং

"অতৈ রা খঙদে ঐ হিংগনি।"

মিগী অচেৎপা রাথলনি। অহুনা উশা অমদগী উশা অমা, উনা অমদগী উনা অমা লাম লামহুনা মচীন্দগী মতিন চিংথোক চিংথোক্নুনা লাং অমা শারম্মী।

মমীত্তা উই—'চরাংনা পাইরকপা, কুরাক্না পাইরকপা, তীল-কাওশিংনা পাইরকপা, মপুং ফারবা মতিক ময়াই লৈরবা লাংহুদা মখোয়শিংহুনা থুরবা। থরাই য়াওব্রবা হকচাং অহুগী কোং-ফোং শাবা ঈশিং অহু য়াউম য়াউম থকপা।' মতিন চোথ-রকই রাবা কাউই। পোত্থাবা শংদে অহুনা উশা অমদগী উশা অমা, উনা অমদগী উনা অমা মতিন চিংথোক চিংথোক্নুনা মিনা লাং অহু শারম্মী।

অসুম্না ময়ুমিৎ কয়ানিগী রাজমম্না শূজমম্না মিগী পাক্লবা লাং অমা ফংজরে। শু-নোম্বদা পুন্সিসি রামল্লে খল্লহুনা মিরাং মচি অমদা থুপচিল্লহুনা তীন-কাঙ, কুরাক, চরাংনচিংবা অহুনা পাই-রকপহু ঙাইরম্মী।

কুইরবগী তুংদা চরাং অমা থুররে। নৈজবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা চরাংহুনা হোৎনজখি লাং অহুদগী নাম্থোক্নবা। মিগী থোইদোক হেন্দোকপা মতিক ময়াইনা শাগ্রবা লাংদগী নাম্থোকপা ঙমদে, অরেং অরেং ফাজিল্লকই, পুনশিল্লকই। চরাংহু লেং-হাইখিদ্রে। মহু উরগা মি অহুনা মোমোন নোকচৈ। খল্লি-লানবু লানদ্রবদি শোয়বা নৈতে।

উথক্তা তোংলম্বা চরোইনা মহু উই। অয়াকপা খোঞ্জেন্না অমুক্তুং পেন্না লাউরমলগা হুমথরকই চরাং তম্না। চেন্দুনা পুখি। মিরাং পুম্বা ইতৎ-তৎলে।

শেগায়রবা মিরাংহুদা তোংলহুনা মি অহু চরোই অহুনা শান্না পাইখিবহু তঙক-তঙক য়েংহুনা নৈহৌই।

॥ ১৯৭৩ ইং ॥

# লম্ব্রী

মুমিৎ তাখিগদোরে।

ঐ করিস্থু তৌহৌদ্রে। নোংহেক ভানবদগী চৎলকপনি। ঐনা খনখি মুমিৎ য়ুংদ্রিবৈগী মমাঙদদি য়োগনি। হৌগৎলকপদদি অকিবা করিমতা লৈরমদে। অদুবু খোঙ হেক থাংবা হৌগৎলকপদগীদি খুদোংথিবা কয়া অমগী মথঙদা অমা .................।
অয়ূক অদু লৈচিন কূংনা থাখি, উনস্থু থানা ত্থাই। ইশাদা ফি অমতা থোংদে, খোঙউপ উপ্তে। মরমদি ঐগী করিমতা লৈজদে। অদুনা ফি থোংদবা হকচাংগা উনগা লম্বা তৌবা তাখি।

অথেঙবদা মুংশা শাদোরকই। হরাওরুই, হকচাং অসি তেকথৎলগনি। ঐগী খোঙকাপ মঙম শাল্লগনি। অদুবু অতিয়াদগী হৈথরকপা অশাবা মুংশা মৈশানা হকচাং অসি কাথেকপা মখৈ চাকথেকখি। অদুবু নোং ফনা তাদুনস্থু মুংশা ফনা শাদুনস্থু, উন ফনা তাদুনস্থু ঐ চংপদি লেপখিদে।

মখোয়দি চৎলি ইরা রাদনা, মগুম শান্না। থেঙনসু লাকই, য়াঙনা চৎখি। ঐদি কয়াদা শোনগ্রবা!

[ তৌববুদি ঐ কনফম থোক্তে। মখোয়না অনানবা লম্বীদা অঙ্গং অশা তেমলবা গাড়ী তোংহুনা চৎপনি, ছাতিন তুপ্তুনা চৎপনি। ঐনা লম্বীগী মতাই, কোলাস থাদবা মুঙথক, লৈখোম থোকপা লম্বী মথক্তা ইখোঙনা চৎপনি। ]

খোঙফম অমতং মাঙদা থাংনবা হোৎনরিঙৈদা মখোয়গী য়াঙনা থৌবা গাড়ীনা হোরোন পীরকই, হেনগৎতুনা চৎখি। মহাক্কা চৎখিবগী শাহুন্না ইশাদা য়ৈশিল্লম্মী। ঐনা হায়বদি, লম্বী অসি ইথন্তা চৎকে হায়বা নত্তে, মখোয়গী গাড়ীহু তোংগে হায়বা নত্তে, লম্বীসিদা ঐখোয়সু ইনীংতম্না চৎচগে হায়বনি। মখোয় তাদে। মমীৎ অহু কোরিমুক ঙাঙলহুনা খানা য়েংলম্মী। মমীৎ অহু তম্নি ঐনা তিন শিংখিবহু। অহুবু য়ৌবা ঙমদে মনাক ফাওবা। মরমদি মহাক নীংখিজনা খাজিল্লবা গাড়ী মন্নুংদা ফমলিবনি।

—লম্বী অসি মখোয়গীতরা

—নখোয়বু চৎকন্নু হায়দেনা, গাড়ী লাক্লি থৈদোকউ হায়বনি

—নখোয়না হান্না য়ৌগদবা মরৈরে, করিগী অহুক কন্না থৌরিবনো

—নখোয়বু কনানা খোঙনা চৎলু হায়বগে

হেনগৎখি, মৈথুনা ইমীৎ থুপহৌই।

লম্বী মথক্তা খোঙগুল

খরা তারি, কয়াদা ময়েক লানা থনমগ্রবা খোঙগুলনো! ফনা শাংনা চৎলক্লে অহুবু ঐগী খোঙগুলদি কদাই। য়াওদে, খোঙগুল অসিদা ঐগী য়াওদে। ঐসু খোঙগুল অমদি থমনিংই। লম্বী

অসিদা চৎলম্মী হায়বা খঙনবা। ঙমলরোইদ্রা! করিগী ঙমলোইদোরিবা! ঐস্মু মীনি, মখোয়না ঙম্বা ঐস্মু ঙমফম থোকই। অতুনা ঐনা চৎপনি, থিবনি, লম্বীশিং অসিগী অমদা খোঙগুল অমতং থমহৌনবা

অতুবু ইকোক্তগী ময়োম অসি মীৎকুপ খুদিংগী লুমথরক্লি। মফম অতু য়ৌরবদি ময়োম অসিস্মু থারগনি।

১—করিনো পুরিবত্তুবো

[ করিনো পুরিসিবু ঐস্মু খঙদে, ইকোক্তা অস্মুক ব্রানা চেকশিন্না পুরিবা ময়োম অসি করিনো! ]

—খঙদে।

২—অতুগা পুরিবা ? কদায় তান্না পুগদোরিবা ?

—ঐগী খোঙগুলনা তাবা মফমতুদা থারুগনি।

৩—অতু থারগা কৈদৌদোরিবা ?

—মতুস্মু খঙদে।

৪—লম্বী অসিদা খোঙগুল থনমলগা কৈদৌরিবা ?

—লম্বী অসিদা চৎলম্মী হায়বা খঙনবা।

৫—মখোয়না খঙলগা করি কান্নগদোরিবা ?

--খঙদে

৬—.........

—খঙদে।

ঐ করিমতা খঙদে পূন্নমক অসিবু করিনো! ঐনা করিগী চৎলিবা, কনাদগী ময়োম অসি লৌরকলিবা, অতুগা কনাদা শিন্নরুগদোরিবা! অতুবু ঐ চৎলি কদাইদনো খঙদনা। নত্রবদি করি তৌনি!

খজিক্তং শোম্বরকপা উবদা, তাঞ্জা খজিক্তং ফঙখিবদা ঐগী খোঙফম শিনগদবা মীওই কয়ানা পরেং শানা লেংলি। ঐ

চৎপা লেপ্না য়াদবনি, ইখোঙদা তিঙ্খং য়ুরবস্থু, ইমীৎসিদা মৈখু কামশিল্লমলবস্থু, ইশা অসি ইপুম থিৎপা মখৈ চোকথরবস্থু। নত্রবদি ঐ লম্বীসিদা মীৎকুপ অমতা ফাওবা লেপ্তুনা লৈবা ঙমলোই। অত্তবু অশাউবা অসিদি নেমথবা য়ারোই। নোংমদি শোইদনা পোকখায়রক্কনি মৈগী চীং।

ঐস্থু মীনি, মখোয়স্থু মীনি।

সহর অসিদা, হেক খোঙদারকপদা কনানা কনাদগীস্থু হেন্না পুনয়ক্তে। অত্তগা ঙসিনা খেৎনবসি অস্তুক্কী মতিক চাউখোরক্লিবা ময়েক লাখৎলক্লিবা করিগীনো? মখোয়বুনা গাড়ী তোংহল্লি, অনানবা লম্বীদা চৎহল্লি, থৌনা লৈহল্লি। ঐখোয়বুনা ইয়ুম লৈহন্দে, চাবা থকপা ফংহন্দে, ইশাদা ফি অমা ফাওবা পকচবা ফংদে। অত্তগা হায়, 'লমজেল তান্নৌ নখোয়স্থু মীনি।'

—মসি করিনো?

১—অত্তনি ঐনা হংলিবত্ত

২—ঐস্থু

৩—ঐস্থু

৪—ঐস্থু

৫—.............

পাউখুমবীগদৌরিবসি কনানো! লাইবক হায়বা অমদা পূন্নমক শিন্নখোকগ্রগদ্রা!

ওইদবা য়ানি।

ঐখোয়বু শেন্নবা, ঐখোয়বু মখূদোম্বীনা শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নবা ঙম্বা কনাগুম্বা অমা থক লৈবা হৌনদে। পূন্নমক ভাবনা শাবা ঙাক্কনি। লৈরম্বা তারবস্থু শিগ্রে। কুইরে শিখিবা।

মখোয়নদি হায়রি—পূন্নমক মহাক্কী লীলানি

নোংমদি শোয়দনা পোকথায়রক্কনি মৈগী চীং। অশাউবসি কৈদৌঙৈদসু নেমথবা য়ারোই।

নুমিৎ তাখ্রে। মীৎ অসি পূমমম মমখ্রে। চোকথবনা খোঙ অসিসু থাংবা ঙমদ্রে। কৈদৌবা তাই।

—পোথারসিরা

—কদায়দা

—য়ূম অমদা হেক্তা

—হৌজিকপু কনানা খোঙ হাংদোকপিরক্কদৌরিবা

—নত্রগা লম্বী অসিগী মচী অমদা হেক্তা

—লেপ্পবু য়ারিবরো! হেক লেপ্পুবদা তুংগী মীয়াম্না লাউশিল্লক্কনি ইন্থুরক্কনি

—লম অসিদা মীথূংশঙকাদি লৈত্রা

—খঙদে লৈরম্বা য়াই

—লৈরমদবসু য়াই

অতুদি কৈদৌবা তাই।

চৎপা লেপ্পা তাত্রা! থৌনাসু লোইথোকখ্রে।

হনবসু ওইথোক্তে। ঐ কৈদৌবা তাই!

॥ ১৯৭২ ইং ॥

# উন হেন্না হেন্না তাথরক্লি

ঈংখিবনা ইখোঙ অসি থাংবা থোকত্রে। ঈশিংসু মুংশিৎসু লৈমায়সু উনগী উন ঙাক্তা। থৌনা পূম্বা ফমজীনখ্রে কুম্বী কালেন খেৎনবা লৈত মখৈ হৈথত্নুনা লৈরবা উম্না।

শাংলবা, উম্না লৈমায় ওইবা লম্বীশিংদা ইখোঙসি নেৎলত্নুনা করম্না-কৈদৌঙেনো মহাক্কা উম্নবা ফংজগদৌবা!

লেল্লকলেদনা নোংমাইজিং চীংদোম্দগী মুমিৎনা ঙঙান মশেককা লোয়ননা থোরক্কুনা নোংমগী অয়ুক অমনা মমীৎ মমায় পাঙলকপত্নু ঙাইত্নুনা চহী চুপ্পা। হৌজিক্কী ঈখৌ অত্নু লাংলুবগী কান্নদ্রে।

অত্নুবু করি পাম্বৈননো মনাক্তুং য়ৌজত্নুনা অঈং অশা অসিদা ইচংথৌনা লম্বা তৌবা ঙমজনবা থৌনা অত্নু নিরুগদৌবা! করম্বা মুমিৎ অমদা ঐনা খোইরুম মীনোক অমগী মপু ওইবা ফংজগদবা!

আশা অমতং লৈরি। এয়ার কণ্ডিসন তৌরবা গাড়ী অমথক লম্বী অসিদা চেল্লি। মতুনা হেক থুংলুবা মফমদা মহাক অতু লৈ হায়। মসি পীক্লিবা অঙাং ফাওবনা খঙই। ভারাগী অককনবা লৈত্তে। তাঙ্গাবু ফংলবদি তোংবা য়াবা য়াদবা হায়বা অমুক লৈত্তে। অতুনা মাগী লম্বী য়েংবতদা উন পূবা মুংশিংনা ইমীৎ-ইশা পূম্বা চোক্কথ-পঙথহন্দুনস্থু হনবা লৈতনা ঙাইরিবসিনি মানা থুংলবতু।

—কৈদৌবিরমলিবনো বাবু ?

—গাড়ী ঙাইজরমলিবনি।

—ফরে! ঙাইবিহৌখো, খজিক্তুং হানগৎচরমলগে।

—কদায়দনো বাবুবু ?

—আ ..........তুম থেঙখ্রে। য়ৌরে বাবু য়ৌরে।

মহাক চৎখ্রে, উনগী লৈমায়দা ইচঙ থৌনা নেৎ নেৎলতুনা। করম্বা হকচাংনোনে মখোয়গীনা, ঐগীনা করম্বা! ঐতরনে উনগী চৈনা খাঙবা ঙমদ্রিবা পাঙদবসিবো!

ফরে মখোয়না মখোয়নি ঐদি মা উনদবা য়াদে। গাড়ী ঙাইদবা য়াদে।

—তারিব্রা ভায়!

—ঐবুরা ?

—গাড়ী লাক্কদোবা কয়াম ৱাৎলিবগে খঙবীবরো ?

—লাকলনি। মৈশা অসি খাঙবা ৱারে, ঐস্থু মফম অতু য়ৌনিংবনা লাঙতক্করে।

—করিনো হৌজিকপু শাবিবরনে ?

—অদোমদি মুংঙাইবীরিনি। ঐদি লৈবা ঙমদ্রে, শাখিবনা।

—ফরে ঙাইবিহৌখো।

—অঙাওবরা করিনো উনবু শাই হায়রি।

থেঙজসস্থু—পঙথরবা থৱাই অসে পঙথজসন্থু মহাক্তবু উম্নথুনা মীৎকুপ অমতা ওইরবস্থু পাউমেন্নজবা ফংলবদি। মহাক হেক উনবগা ঐনা হায়গনি—ঈংখিবনা ইশাসি পঙথরে থৌনা অথু পীয়ু, পুন্সিসিনা ইতু ইমান খিঙনা হিংবা ঙমজনবা থৌনা।

—হৌজিক ফাওবা লাকত্রিবরা!

—লাকত্রিনে লাক্লরোইদৌরিবা জাৎলা খঙদে।

—লাকলনিদা, ঙাইবিহৌখো।

চৎলুবথু হল্লকলে। মায় পাক্লব্রা খঙদে। ঐদি খোঙকাপ অমা ফাওবা থাংদ্রি।

খঙদে। ঐ মহাকপু উনজবা হায়বথুবু শুকফংমক ফংল-রোইদ্রনে!

ইবোমচানা হায়—মহাক মাগী লেঙ্গানি। বীজয়না হায়—মাগী লেঙ্গানি। খুরা তোম্বনস্থু হায়—মাগী লেঙ্গানি! মখোয় খরনা হায়—পূম্নমক ভাবনা শাবনি। অঙ্গৈং-অশাবু তেম্বা ঙম্বা করিগুম্বা অমতা মালেমসিদা লৈবা হৌনদে। করম্বনো চুমলিগ-দৌবথুবু!

হায়জ-থাজনিঙবা কাঙবুনা হায়নিঙ-থাজনিঙবথু হায়জ-থাজসন্থু। ঐদি গাড়ী তোংথুনা চৎকনি অথুগা মহাক্লা উনরুগনি।

অথুবু গাড়ী!

—ইমা! গাড়ীসিবু লাক্কদৌবা কয়াম ৱাৎলিবগে?

—লাক্লগনি মতম ওইশিল্লক্লে। ইমাদি খোঞ্জেনশিংসি তাবা হৈনদ্রে—চৎলগে। লৈহৌখো। ঙাইহৌখো।

অস্থুক অহল ওইরবী মহাক্কী খুইর-শোল্লবা মখোঙশিংনা উনগী লৈমায়সিদা নেৎলথুনা চৎলি—অঙ্গৈং-অশাগা লম্বা তৌনা তৌনা।

—মেম্মা ! মেম্মা ! গাড়ী লাক্কদোবা কয়াম ৱাংলি খঙব্রা ?

—খঙদেবু —

—খঙলোই, কদায়দগী খঙনি । নিশানা তুহংলবনি নখোয়দি ।

ইখঙ খঙহৌদনা মীয়াম নিনবগী খোঞ্জেল তারকই—গাড়ী চংগ্রবরো ?

—গাড়ী চংগ্রবরো ?

—চংখিদ্রি ।

—খঙদে ।

—লাক্লনি ।

—করমতৌনি ?

—ইশ শাখ্রেদা !

—ঈংখ্রেদা !

—উরুমসিদা ভৈহাক্তুং খাঙবা তাব্রা ?

—মুংশাসিদা ভৈহাক্তুং য়াইগব্রা ?

কমদৌনি মীয়ামসিদি গাড়ীদি অমখক্তা !

গাড়ী লাক্লে ! গাড়ী লাক্লে ! গাড়ী লাক্লে ।

করি গাড়ী লাক্লে হায়বা ! চুমথাংগী মচু তরেৎনা লৈতেং-লবা, অঙ্গৈং অশা তেমলবা, মহাক্তা লৈবা মফম য়ৌনা চৎপা, পুন্সিগী ঈখৌ ওইহুনতা লাক্লবা গাড়ী অহু লাক্লবা !

মীয়াম নিনবা হেনগৎলক্লি ।

গাড়ী লাক্লে । গাড়ী লাক্লে ।

খুদোংচাবা হায়বসে পঙনা খক লাক্কন্দে । ঐ তাঞ্জা অসি নাম্থোকহনখিবা য়াদে । শুকয়া য়াদে ।

—তামচা ! তামচা !

—কৈদৌরে ?

—ইমানা লাও হায়রে !

—হৌজিকপো ?

—উম হৌজিকমক।

—করিগীনো ?

—খঙদে ।

—কদায়দগী খঙনি নখোয়দি ওৎপতনি হৈবা।

খোঞ্জেল অদো অসুম অসুম নকশিল্লক্লি। কৈদৌবা তায় ঐ! পূক্লিংগী ঈখৌ, অমরোমদা ইমা! ঐগী শোল্লবী ইমানা ঐবু কৌরি। মরম লৈতনদি কৌরোই। করিগুম্বদসু ইমাগী য়াথং ঐনা হিকতোকপা তৌখিদ্রি। হিকতোকপসু ঙমখিদে। ঙাকপনা চুমই হায়বা থম্মোয়গী ওইব। ব্রাফম অমনা পুন্দুনা লৈরি ঙসিসু।

—নংবদি য়াইনা! চৎপা তারবসু উস্তদি উনরমলগে ইমাগা।

উল্লা থৌনা চুপশিনগ্রবা ইখোঙসি লৈজবা মখৈ লাওনা থাংল-থাংলত্তুনা ঐনা চৎলম্মী।

ঐগী ইমা! মাঙ্গোল উখোকত্তেন্দা ঙারত্তুনা ঐগী লম্বী য়েংত্তুনা উনগী ঈংলবা ঈশিং মুংশিংকা মায়োক্লত্তুনা লৈরম্মী।

—করি তৌরবগে ?

—কদায় কদায়দনো পঙচৎতা চৎপসিবো ?

—করিগীনো ?

—উদবা কুইরত্তুনা হংবনি; পঙলাপ লাপ্পা চৎখিসু হায়বা।

ইমাগী ব্রাহৈ অসি হেক লোইখিবগা খোঞ্জেল অমা য়াম্না নক্লা তারকলমই লমজাওরোমদগী। তুচুংখি। অচেনবা গাড়ীগী কাংখোংগুম লৈখি কোক।

—ইহে চৎখ্রেদনা, নাম্থোকখ্রেদনা ঐনা খৌরাংনা ভাইজরম্বা গাড়ী অদু চৎখ্রেদনা। করমতৌনি ঐ!

—চৎলু, চেল্লু

—ফংবা য়াই কৈদৌবগে চেল্লু

—অমুক্তা তাম্নহুনা ফংব্রা য়েংসি।

ঐ চেল্লম্মী। অদুবু খোঙথাংশিং অসিনা শৌগৎতুনসু মতম অদু হৌখ্রে। হৌজিক্তি কৌরো।

ঐনা কৌরম্মী

—গাড়ী খামখো! গাড়ী খামখো! গাড়ী খামখো!

অমুক তাবা লৈখিদ্রে। গাড়ী অদো চৎখ্রে।

গাড়ী চৎখ্রে।

য়েংউ! উন অসি হেন্না হেন্না তাথরক্লি।

॥ ১৯৭২ ইং ॥

# মীথুংশঙ

মফম অতুদা হেক থুংবগা মহাক্না ঐবু ঙক্লম্মী।

—লাক্লেদনা চঙলকউ করিমত্তা হঙ্গোইগনু।

—ঐবুরা ?

ঐনা ঙক্না হংলম্মী।

—নঙবু নত্তনা কনা ওইগনি ? চঙলকউনে, মীয়াম পূম্বা লৈহৌরিবনি। কূম্মে তৌহৌরিবনি।

—কূম্মে ?

—উম, নঙ মীনৌনি কা অসিগী কূম্মে, মীথুংশঙসিগী চৎনবী মশক খঙলমলোই। কূম্মে হায়বদি ঈশৈ জগোই।

মঙ হাগুম্বা ৱাহৈশিং অসিনা ঐবু ঙকহল্লম্মী। পুন্সিবু মঙ ওইবদি খক য়ারোই। করিগী লাক্লিবা, করম্না থুংলরিবা হায়বা ইখঙ খঙদনা থুংলরে, ঐ কৈদোবা তাই ? মসিনি ৱাহং।

—ঈশৈ জগোই।

—তাও খোঙ্জেলশিং অসি, তারবরা ?

—তারে।

—মীংতু পাওউ, অত্নগা য়েংউ, উরবরা ?

—উরে।

তারে। উরে। অঙকপা মীয়াম্নি। মখোয় ঈশৈ পঙশকতা শকই, জগোই পঙশাত শাই। নুপামচা নুপীমচা, শাবী-শানৌ, হন্নুবা-হন্নুবী।

খুৎক-খুৎকা শন্নে হকচাংগা হকচাংগা থেংগাইনৈ, কোন্নে, চুপ্পে, নোকমীন্নে, কপমীন্নে। শকই—নাইতোম, কাওবু কায়না ঈশৈ, উন্না ঈশৈ, জগোইস্থু।

'নহাকস্থু কাসিদা লাক্লবনিনা কূম্মে অসি য়াওবা তাবনি।'

—কূম্মে হায়বদি ?

—ঈশৈ-জগোই

—সাঃ রিঃ গঃ মঃ ফাওবা খঙদবা ঐনা ঈশৈ শকপা ! জগোই শাবা ! মতু ওইবা য়ারোই। ঐ ঈশৈ হৈতে, জগোই হৈতে।

ঐনা হন্না হন্না লাউজরম্মী।

—মতু শুকয়া য়ারোই।

—করম তৌগদৌরিবনো অত্নগা ?

—খঙদে মতু নঙনা হোৎন থিজগদৌবনি।

ঙমলোই মতু ঙমলোই। ঐ, ঐ ওইনা অস্থুম্মক হিংজগে, ঐ ওইনা।

থুংলবতা ঙায়রিবা নঙনা তুশোন নীংহন্নগদৌবা নত্তে। শক-শাগদৌবনি। লৈজবী থাত্নুনা। কা পূম্বা, মীথুংশঙ পূম্বা নিলহন উহনগদৌবনি নঙগী মির-নৌরবা, শৈহেক্লা, শাথেক্লা।

য়েংউ মখোয়শিং অসিনা তৌনরিবসি, অমনা অমগী খোঞ্জেল, শাথেক নমথনবা, তুহংনবা হোৎনবদা মীৎকা মীৎকা শীংনরিবসি।

—অতুক য়াম্বা ঐগী থৌনা লৈজদে ঐ, ঐ ওইনা অসুম্মক হিংজগে, ঐ ওইনা।

—অতু ওইরবসু ঈশৈ জগোইদি শক্ত শাদ শুকয়া য়াদবনিনে।

—নত্ত্রবদি ?

—নহাক অমুক হনখিবা।

—কদায়দা ?

—খঙদে। মীথুংশঙসিগীদি ৱাংমদা। য়েংউ চৎখ্রিবশিংসি। ঈরা চেল্লবা মীৎ কয়াগী কোকনা লুরুক্রনা নীংবা কায়বা মায়থোঙ পুরহুনা চৎখ্রি। কদায়দা ? করিগী ? খঙদে। কনাসু খঙদে।

—মখোয়না চৎখ্রিবসি কদায়দনো ?

—মখোয়না কাসিগী চৎন-পথাপ ঙাক্তে। খরা অমদি ঙাক্লীংই অতুবু মতুগী পাঙ্গল-থৌনা লৈজদে।

—চৎন-পথাপ হায়বদি ?

—কা অসিগী কূম্মৈ।

—ঈশৈ-জগোই ?

—মতু নত্তনা করি ওইগনি ?

—মসি নত্তবা কাসিগী অতোপ্পা পথাপ অমা লৈত্রবরা ?

—লৈতে।

ঈশৈ জগোই নত্তবা কাসিদা, মীথুংশঙসিদা লৈন-হিংনবা পাম্বৈ লৈতবা! অতুদি ঐ করি তৌবা তাই। ইথন্ত হংজরম্মী হন্না হন্না ইথন্তা।

—করি খল্লি ? কূম্মৈ য়াওগেরা ? হনথ্রগেরা ?

হনবা! কদায়দা হনবা! ইশাগী ৱাহং ফাওবা পাউখুম পীওমদ্রিঙৈদা নহাক্কী ৱাহং অমুক ননশিল্লক্লি। হনবগী ৱা হেক পল্লকপদা তুজুংই।

—নত্তে! নত্তে! লাইবক য়েংলগে, ঈশৈ শক্লগে, জগোই শারগে।

—শক-শাগদোবনি মুপা থোক্লা। অচাবা তান্দা, মিরবা মুরদা।

—অতুবু করমননো?

—মীশিংসিনা শক্লি-শারিবসি তাও, য়েংউ। অতুগা নশাগী ওইবা শৈহেক-শাথেক্তো কা অসিবু নিলহল্লু। শুমহৎলু। মীয়াম্না নঙগী নতুং ইম্নরক্কনি। চিল্লবা কাসিদা পঙলৈ লৈনবা, পঙহিং হিংনবগীদমক্তদি মীশিং অসিগী মতৌ তম্বতনসু য়াগনি। থীম্নরগনু হৌরো ঈশৈ-জগোই।

—করম হায়না?

—মাঙদা থেক্লি-শক্লিবসি য়েংউ, তাও। নঙসু থেকউ।

ঐ থেক্লম্মী। মখোয়না তৌরিবা মথৈ তৌরম্মী। ঈশৈসু শক্লম্মী মখোয়না শক্লিবমথৈ। লৈজবী থাতুনা হোৎনজরম্মী, তমজরম্মী, ৱাজরম্মী।

ঐ হৈরে। মীয়ামগুম্না ঈশৈ শক্লে। জগোই শারে। কা অসিগী ঈশিং মুংশিত্তা ইশা পূম্বা শুমহৎখ্রে। নোংহেক ঙানবদগী নোং অমা ঙানবা ফাওবা নোং হেক ঙানবদগী নোং অমা ঙানবা ফাওবা...... ঈশৈ জগোই কূম্মে।

*

হুজিক্তি ঐ পেল্লে। হৈনদ্রে। ওক্লে। খীরে ঈশৈ, কূম্মে। অতুবু থাদোকপদি ঙমদ্রে।

'মীৎকুপ অমতং ওইরবস্তু ঈশৈ জগোইসি শক্ত শাদনা য়েংসি।' অস্নুন্না ঐনা হন্না হন্না লাউজে। মখোয় তায় অত্থবু তাশিন্নদে। থওইদে। খুমদে।

অরোইবদা ঐনা হায়জরম্মী।

—ঐবু অমুক্তা পোত্থাহল্লু! মীৎকুপ অমতং ওইরবস্তু পোত্থাহল্লু। মানা খুমলকই,

—য়ারোই। মত্থু য়ারোই নঙনা তৌনিংবতা তৌবা য়াগনি, ঈশৈ-জগোইদি লেপ্পা স্নুকয়া য়ারোই। ঐনা হায়রিবসি নঙগী ৱানি।

হায়জবা পুম্বগী কান্নবত্থ ফংদ্রবদা পথাপ অত্থ থুগাইহনা ইনিং তম্নগে হেক হেক খল্লকই। অত্থবু কাসিদগী থোকপ্রগা করি তৌরুগদবা কদায়দা চৎকদৌবা হায়বত্থ হেক নীঙশিংলকপদা, পেল্ল-খীরবা ঈশৈ জগোইসিদা হেক্তা তাই।

হুজিক্তি ঐ খল্লে তোঙান তোঙানবা অনৌ-অনৌবা শাথেক্তা সুরদা শক্লগে, শারগে।

অত্থা ঐন্না হোৎনরম্মী, হেন্না ফবা হেন্না নৌবা মখলগী শাথেক স্নুর ফংনবা পাম্বে, লম্বী।

ইখঙ খঙহৌদনা মখোয় খরা ইনাক্তা চঙশিল্লক্লনা ভাথু থেংথুরক্লমী। মশক অমত্তা খঙদে। কাইনথংদত্তা খঙলকই। মখোয়না হায় 'অদোমগী সুরগী, শাথেক্কী মপান তাংজগে। নতুং ইনজগে।'

অমগী মথংদা অমা, অত্থদগী অনী, অহুম, মরি····· মীৎকুপ খুদিং থুংলৈ মীথুংশঙসিদা, কাসিদা ইনাকসিদা, মশীং থীঙমদ্রবা মী কয়া। কনানা কনাবুস্নু হায়ন তাক্লদে। জগোই হেক্তা শারৈ। ঈশৈ শক্লে। অমনা অমবু শুমহৎনৈ। লৈরম্বশিংনা ওকই উন্না ঈশৈ শক্লুনা।

অতুগা জগোই শাবা মথৈ শারগা ঈশৈ শকপা মথৈ শক্লগা হেক্তা থোকখি হেক্তা হনখি কা অসিদগী, মীথুংশঙ অসিদগী তুমিন তুমিন। লৈহৌরিবশিংনা শকহৌই কায়না ঈশৈ।

কনানস্থু থিদে, থিরবস্থু খঙদে করিগী জগোই শারিবা। কাসিদা লৈরগনা করি কান্নরিবা? থোকখ্রগনা করি মাঙজরিবা? ফজবা শাথেক, মিরবা স্থুর, কাসিদা মফম চাউনা লৈবা মীথুংশঙ পৃম্বনা ইকাই খুম্নবা—মসি পৃম্বগী কান্নবনা করি?

ঐস্থু খঙদে। অতুনা ঐ ৱায়, কপই, শাউনিংই, অতুবু মীয়ামগুম্না জগোইদি অতুম শাই, ঈশৈদি অতুম শকই।

॥ ১৯৭২ ইং ॥

# লাইলমথোকপা

লাইবুঙতু মীনা পিক থনখ্রে। ঙসি লাইলমথোকপা মুমিৎনি। নীংথিজনা ফিজেৎ লৈতেংলবা অহল-অঙাং, মুপা মুপী পাখঙ-লৈশাবী লাইগী মনাই অচানবশিং ইমুঙগী অরা-অনা, লৈত-লায়র কাউবমখৈ ইরাঙ লাঙই। মাইবীশিংনা লাইমাঙদা চোং-ফল্লতুনা জগোই শারি।

*

তোনমুশিজহোয়গী ইমুঙসু ইরাঙ লাঙই। মগুমুপীতু জগোই শাগদৌরি। শোল্লবা ইমুঙদগী মাঙ্গোল থোকপা ফাওবা চৈশু য়াওদ্রবদি রারবা তোনমুশিজতু ঙসিদি চহী তরানীপালগী লৈশা-বীগুম ইখিঙ-খিঙই। মহাক্তনা ভাঙবদা ইমুঙতু ইনিল নিল্লি।

—নখোয়বু লোইদ্রিব্রো? মুমিৎ তাদৌরে, মী পূম্নমক চৎনখ্রে।

ফিশেৎলিবা মগুগী নাক্তা চঙশিন্দুনা অমুক ঙাঙলুই,

—শকথীবী নঙবু মীমাঙথোক্লগা কাউগদ্রে৷ ?

ফি শেৎপীডুনা—ইচেমশিবু লেংঙইদ্রে৷ ? নগুগী কূম্মৈ য়েংবা ?

—য়েংনিংদেদা শকথীবীসিনা শাববু

মমাতুসু চঙলক্তুনা লাঙবা য়াওরে—করি করিনো অৱাৎ অপা হায়বিরকউ। ইচেনা ঙমজবীদা ফজনবা শেৎপিদৌনি। অফিসতগী ননাও মুপাহোইগী মমান্নবা ময়ামসু কূম্মৈ য়েংবা লাক্কনিহায়য়ে। ময়ামগী অচা অথক খরা লাঙতারি। নঙ ওজাতুসু খরা ঙন্না লাকউকো হায়রগা।

ঙাঙনা ঙাঙনা অমুক থরোশিজতু মপান খোকখি।

চোঙপায়বা, থাঙপায়বা, লাইপুবী, ফিরান পায়বশিংনা মাঙ থারতুনা লাইবুঙদগী লেঙথোক্লক্লে লাইরেম্বী। মাইবীশিংনা জগোই শার-শারতুনা লমচিংই, তুংদা লাইরেম্বীগী মনাইশিংনা পরেং পরেং চৎলি। নোংমৈ হৌনা কাপই। পেনা খোংবা পুঙয়ৈবা, বাঁশি খোঙবা মনাইশিংনা থৌগল তৌরি। হরাওখোন্না পূম্নিন নিল্লি খুঙ্গংগী লম্বীদো। কেবা কাউরুরবা মীয়াইচল্লবী মৌ, নাচোম চাউনা চিল্লি, লিক-কোননা ইঙাং ঙাং চালি শারি। ৱাদে হন্নুবী থৌগলনি লাইরেম্বীগী। জগোই শাই, ইকন কনথৎলি লৈশাবীগুম। খুঞ্জা লৈকাই পাখঙ-লৈশা লৈজবী শেৎলি, লৈজবী কে, থেক্কা থেক, নৌগ নৌ লাইগী থৌগলনি ইকাইদে। তাধিংদা হৈনজবা মৈতৈনি জগোইদি পোকপদা উল্লক্লবনি, পীক্লিবা চহী তরেৎ নীপালগী অঙাং ফাওবা জগোই শারি থৌগল য়াওরি লাইরেম্বীগী।

মাইথীনা হৌনা হৌনা লাউরি

"হো য়ায়া হো য়া

য়ায়া য়ায়া য়া

হো তাহৌরে তাহৌরে লাইরেম্বী থ্বাংচেং তাহৌরে

লাইরেম্বীগা লাইরেম্বগা

আআ আ আ…আ…

সিবু থোইনা হরাওবা লৈবরদে।

*

অদুবু লবুক অদুদি ইচিক চিকই। মুমিৎসু চায়থরক্লে অয়ুক অঙনবদগী থোক্লকপী মুমিৎ চূপ্পা অমা শূরক নোমলকপনা মশা চোকথরবী খুঞ্জা লৌরাংশূবীশিংগী নাকোংদসু হরাওখোল অদু মুংশিৎনা অমুক অমুক হুমজিল্লকই। অদুবু পোথাদে ফনেক কৌরপ শেৎ, খ্বাংচেং মচি লাং লৈখোম মরক অদুদা কূমথরদুনা নাপী পেংলি, লৌরি তারি। লৌরি অমদগী লৌরি অমা, লৌশেন অমদগী লৌশেন অমা।

মুংশা থবেৎ থবেৎ হোনবা মখৈ থবক শূরম্বদগী অরাপ্পদগী হুমজিল্লকপা হরাওখোলদু তাবদা করি খল্লুরবনো খঙদে মীয়াই হেল্লবী খুঞ্জা লৌরাংশূবী হন্নুবী অদুনা ঈশৈ হৌনা শক্লকই।

ইপাম খাম্বী মৈহৌরে

ইদুনিংথৌ য়াওরিবরা

খাম্বী মৈকল্লো।

নাপী পেংলম্বী মৌনহাশিংদু অহল অদুগী মতৌদুদা নুংঙাই-রদুনা ইশি শি মখৈ নোকই। হন্নুবীদুনা মখা অমুক তারকই

—সি মঙাইদনা মখোয়তা হরাওবা যাত্রা?

মৌনহা অমনা মতেং পাংশিল্লকই—মখা চৎথবিরকউ ইচেমহল।

অতুকা তাদে মখা হেক চিকপা মথৈ শাউনা মরী-মরী শমথরকই।

—ঐখোয়না তীনফা কাককৈ মরক্তা লৈখোম্মদা ক্রূমতুনা ইরোইগুম লৈওনবা, থবক শূবা। মখোয়না মহৈ চাবা, লাইমাঙদা থেক্ক থেক নোগ নৌ ফিজেৎ লৈতেংতুনা জগোই শাবা। অহাওবা মচং মখোয়গী, অথাবা মকুম ঐখোয়গী

—মপোক্তি খীরকই, মীনাই রাশিদা পোল্লবনিনা খরা রাজরেদনা।

—ঈশিংনা ঙম্না থুমখ্রে ফৌ পোৎ অমতা তাবীয়্ হায়রুববু লৌ শংকে হেক্তা মহায়বা। মতুতুনা মথৌ লৈতবমথৈ থোক্লক্লগা মী পূন্নমক লৌশান হেনগৎনরে, পোৎমতুম হাপ্ল হায় হায়য়ে।

ঙাঙন-শক্লরিবতু তায় অতুবু মুম্বানগী পোৎলুম্না চহীগা চান্নদনা লৈশিল্লবী চহী কুনহুমদোই কুনমরিতা ঙায়রিবী থামচাদি মনাদা চঙদে। ময়ুম নীংশিংলকই, মচা পিশক অনীতু নীংশিং-লকই। মথূক্তি লেপ্লে। মখাংতু তিংখৎলগা হংলকই 'ইমহান ঐখোয়বু লৌশেন সিমা লোইবা ঙমখিদ্রনে?'

—অঙম্বা খরা শূবা হায়তুনি ইচাসিদি।

—ঐদি চৎনীংলেবু।

—হরাওবা য়াওরুগে হায়রিব্রো?

—কদাইদগী হরাওবনোদা। চেঙ চরা লৈহৌদ্রি। অঙাং ঙাক্তা লৈহৌই। হরাওবা য়েংবা চৎকনি হায়হৌই। চৎকন্নু হায়রম্বনি, লৈরমগদ্রা খঙদে।

—মপা লৈহৌদ্রনে?

—মানবু মতু খঙবিরবদি করিগী অশুক রাজরুগদগে ? অয়ূক্তুগী চাকঙন চাথোক্লগা মফি নাম্না শেৎলগা লেঙথোকখ্র-পোৎনি ?

—মখোয়দা শিখ্রো হায়য়ুবা মুপী থিনিতা খঙবা মতু-মচা থাক্কনিদি খঙদবা, মুপীদি রাহৈদে হায়ব্রো ? ময়্মদনা মিরাং থুরে, চরা হেল্লে। শেৎলি চারিদি লাক্ষপতিগী মচা মশুতুম'ঙাই থবক্তি শূনিংদে লম্বীদা হোটেলদা মীরা ঙাঙতুনা রারেম শূতুনা লৈরমগনি। কূম্মে য়েংলমগনি।

ঙাঙবা মখৈ ঙাঙলমলগা লৈশারিঙৈতুম নীংশিংলকপ্রা য়েঙউসে হায়তুনা খুল্লং ঈশৈ হৌনা শক্লকই,

"হা ইবুংঙো থংলেন মাঞ্জনিদি পাম্মুবা থম্মোয় লকান্নুংদবু
মুংশি প্রেমগী মৈনা মক্তবু চাকপদি নোংমদোন লিক্লা মানা
তারগা খাম্বী মৈবু মুৎপদি হায়রুগম্নুনে মুংশিবা
মাঞ্জ অহোইনতুম লাইমা লাকশিল্লকইনে পাম্মুবা ॥"

হৌনবা নাইদনা খুঞ্জা লৌরাংশূবীশিং অদো অহল অতুগী মতৌ অতুদা অরাবা কোঙ্গোয় কাউথোক্তুনা ইশি-শি মখৈ নোকই।

*

খুঞ্জাওগী কৈথেল মচা য়ৌখ্রে লাইরেম্বী। লমলানবা তৌহৈদে হায়তুনা লম্বী থিংলে। হরাগাড়ী, একাগাড়ী, রিক্সা-গাড়ী, পূন্নমক মতাইদা থৈদোকহল্লি। লম্বীগী নাক য়েত্তু মীয়াম্না পিক থল্লি। মতম কুইনা ফাজিন্দুনা থমলকপা শনবীনা শঙ্গোলদগী থাদোরকপদা ঙাওবা হরাওজবগুম, তরা মচাশিংগী মীনোক মীচৈ কিবনা নোংমতা মনিং তম্না লৈকাই হুল্লানবা

ফংজদবী খুঙ্গা নিঙোল ওইবীশিংহু ঙসি সনা কৈথেল থোকচবা ফংবসিদা হরাওজরে, মুংঙাইজরে। লম্বীগী নাক য়েক্তা লেপ্লিবা খুঙ্গা পাখঙশিংগা মীৎকা মীৎকা কৌনৈ শকখঙনৈ। মখুত্তি লেপ্তে লাইরেম্বী থৌগল তৌরি, পুঙগী পুঙলোন চানা চালি শারি।

কৈথেল ময়ায়মক্তদা মাইবী নহা অমা লাই তোংলে। লাই ঙাওরে। মীয়াম পাখৎনৈ, মীরক্তা চেনশিন চেনশিন্দুনা তান্নৈ। মাইবীশিংনা ফায়। মীয়াম কায়হুনা চেল্লী। তোনমুশিজগী মশুনুপীহু মমা লাক্তুনা লৌররে। তোম্বীসু মৌপ্বাবু চেৎনা পায়হুনা মীয়াম মরক্তা চেনশিল্লি। পাখত্তুনা কৈথেন ফম্বী ইমা ইবেনশিং পোৎ লোইশিল্লি। মখুৎ জুর তৌরহুনা লাইরেম্বীবু খুরুমজে। ঙৈহাক ঙাওবা মথৈ ঙাংরুরবা মতুংদা খরা হম্বরক্তুনা মাইবী নহাহু লাইমাঙদা জগোই শারম্মী। পুঙ য়ৈখৎলকই, বাঁশি খোংগৎলকই। মুংঙাইরবা কুম্মৈনি। কায়রুরবা মীয়াম চঙশিল্লক্তুনা য়েংলরে পোৎয়োল্লম্বা, লৈরম্বা, লম্বী চৎলম্বা লেপ্তুনা য়েংই।

মৌনহা মনা-মশীং য়োনবী অমতংদি মপূক্লিং ইতপ তপথৌ য়াদে। কুম্মৈ চঙদে জগোই চঙদে। মপূকচেন শেংনা শোল্লকই

—লাইরেম্বী ইবেম্মা লেঙথোকখ্রো কৈদৌবগে ?

মনাক্তগী অহল অমনা চৈরকই—হায়হৈদেনে অঙাওবী।

—হায়হৈবা হায়হৈদবা হৌজিক য়োনহৌদ্রবদি করম কান্দা য়োনগনি ? হয়েং য়ৌরদি ইপৎ পৎলনি।

তোম্বীসু কুম্মৈহুদা মুল্লুরে। মৌপ্বা পিশক অমা লোয়নরকই হায়বা ফাওবা কাউরুরে। মহাক্না য়েংথোক্লকপদদি মৌপ্বাহু লৈরমদ্রে। কোকচাওবী কায়। মমানা লবুক চৎলমদাইদা মঙোন্দা চেৎনা শিন্নরম্মী হরাওবা য়েংবা চৎকম্মুসু হায়রম্মী।

খোঙনাংখোঙলোমদা চেনখিবহু উই। তোম্বী কৌ কৌহুনা তাম্নরকই।

ক্বায়োনবী অহুগী মনাক্তা চেনশিনখ্রে। পাখঙ কাঙবু অমা পোৎফম মনাক্তা লেপ্লি। মহু উরুবদা অমুক্কা হেন্না তোম্বী পাখৎখ্রে। কিহুনা হন্না-হন্না চেনবদা লম্বীদা নোংচুখিবগী তুঙহোবা লৈখোমহুদা তুশিল্লে। লৈখোম খরা মশা নানবা পাখঙশিং অহুদা চোংখ্রে।

লৈখোম চোংলবা পাখঙ অমখক শাউমনখিবনা অঙাংনি হায়বা কাউথোকপা মখৈ চেনশিনখিহুনা তুহুনা লৈরিবা অঙাং অহুদা খুবাক্কা কম্বী থোক্কা থারম্মী। তোম্বীগী মৌপাহু কপ্লে। অকাম্বা ৱাহৈ কয়া পল্লহুনা চৈ থাংলকই। করেয়্যরকই।

—মচা পোক্কনিদা খঙবা করম্বা মমা মপানো মসিবু কৈথেন্দা থাদোক্লক্লিসিবু। শকতা অমনা তীল্লাই খোম্বী হেক মাল্লদনা!

মতাই ইথং থংবদা লেপ্লিবা চহী কুন্থ্রা মাথোই-নীথোই শুরবস্মু চহী তরানীপালগী নহাগুম পাখঙ মচা মরক্তা তিন্দুনা চহী নৌথরিবা ম্নুপা অহুমতংদি ৱা ঙাঙদে। মমায় ইচপমুক ঙাঙই। লেপ্পা ঙমদে।

তোম্বী চেনশিন্দুনা মৌপাবু সৌগত্তুনা থুনমক পুখি।

অমনা লাউরকই—'নমাদো হোরেন লাকউ ফি শুরোলাও হায়য়ু নপা তাইনগন্নুকো।' ময়াম ৱা লাউনা নোকই। ক্বা-য়োনবীহুস্মু নোকই। অহুবু চহী নৌথরবা ম্নুপা অহুমতংদি নোক্কে, ৱা অমত্তা ঙাঙদনা, কনামতদস্মু হায়রমদনা থুনমক চৎখ্রে।

লাইরেম্বীস্মু অমুক চৎপা হোরে। ঈশৈ অহুম শক্লি, জগোই শারি, পুঙ য়ৈরি, থুঙ্গংগী লম্বীহু ইরাঙ লাঙই।

তোম্বী মচীন মপাদি খৎন খৎননা ময়ুমদা হল্লক্লে।

—কৈদৌবগী চংলুরিনো ? হোয়েন বাবানা ফুরদি নঙোন্দা তাইনদৌনি।

মচে কিবদগী মখোন্দি থোক্কে হিক হিক কপই তুংহন্না অমুক য়েংই।

অরাপ্পদা লাইরেম্বী মনাইশিংগা লোয়নননা লম থোক্লি।

*

থামচানা ময়ূম য়ৌবদদি নুমিৎ তারে। মহাক্না খল্লম্বা অতুমক থোক্লে। মচাশিং অমত্তা লৈরমদ্রে। মথম্মোয়দু প্রোক প্রোক চাকই। লবুক্তগীসু রারেমখৈ হল্লক্লে। ইমুঙ-মাঙ্গোল ইচাই চাইরি। মফি হোংদে মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি পোৎ লোইশিল্লি।

—ইমুঙ অসিনা ঐবু মাঙহল্লবনি রাবনসু ইপুম থিৎপা থানবসু লৈতবা। মপাগী মচানি কয়াবু জুৎ চাশিল্লবগনো? করিবু শেৎ শাদুনা চংখিবা! অমদুনা লাক্লগা মথিবোং য়ু খরা থকচিল্লগা অচুম্বা শাদুনা ঙাঙলনি। হায়রুরগা নুপীনি, খুৎ হল্লক্লরোই হায়দুনা ফুগে হেক্তা মহায়বা লাইরেম্বী ইবেম্মা, ঐদা খিৎ থুনা লৌশিনবীরো।

য়ূমলোন্নবা তোনন্নুশিজহোয়গী ইমুঙদি মৈনা ইঙাল ঙাল্লি। মশুন্নুপীগী জগোয় বাত্ত'ন তৌখিবা মীয়াম্না শুমাং মাঙ্গোলদু পিক থল্লি, ইরাঙ লাঙই।

থবকসু কোকথোঙ অমা রাৎলি। মচাশিংসু অশুরাই ফাওবা য়েংনিংই। নোংমা চুপ্পা অমা লৌশূরুবগী মশাদু মপুম থিৎনা চোকথরবসু অমম্বা মরক্তা মা মাদুনা কোয়নোম নোমলি। পোত্থাবা শংদে।

অরাপ্পদা তারি হাওবগী পুঙখোল, বাঁসি খোঙ্গেল, ঈশৈ অমসুং মীনিল।

॥ ১৯৭১ ইং ॥

# বড়মিস্ত্রী

লুপা লাক্ষ কয়া চঙনা শারবা মতম কয়াদগী মীয়াম্না খোৈরাংনা ঙাইনরক্লবা মণিপুরগী অনৌবা লায়য়েংশঙগী শঙলেন ঙসি শঙ্গাগদৌরি। কেন্দ্র সরকারগী গৃহ মন্ত্রীজী লেঙলক্কনি। লায়য়েংশঙগী অকোয়বদু মচুতনা লৈতেংলে, লম্বাংগী নুংশিৎনা লিরি শিৎপদা হাইহুম্লি অঙাঙবা, অঙৌবা, অশংবা মচুগী চেশিংনা। পাক্লবা লম্পাক্তু লৈবাক্কী য়াইতোঙ খমতোঙ ফমনাই-বদগীনা কৃষ্মে য়েংবা লাকপা মীচম প্রজাতনা পিক থল্লি। ফিজেৎ লৈতেংলবী লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংগী তাল্লোইশিংনা ঙাইরি মন্ত্রীজীবু ওক্কদবগী।

অমুমচানা শঙ্গাবা চৎকদবগী মফি শেৎপা লোইরে।

—করম হায়না চৎতৌরিবনো ফীভম মতাসিদা মীয়ামতুগা ?

মাগী নুপীনা নুংশা থিজবদু তাদে।

—তাতোম্ববু কৌরুরবরো ?

লাউরকই ।

—মীগী মমাঙদা ঐতা খোঙ্গোয়নগে তৌরিনি।

ঙাঙনা ঙাঙনা চৎখি তম্পাক। য়াম্না ৱায় নিংঙাই চাউবা মুপাগা লোয়নবা হেক শিনিংবা হায়দ্বু য়ৌই। অদুবু মখা তারুদা ঙমদে। মুপানি শোল্লে নিংঙাই ফত্তে হায়দুনবু কল্লিঙৈ, মপান ফরিঙৈ মপান্দা তাংদুনা হিংলক্লগা কোক হেক থাদোক্কুনা চৎপা য়াত্রদো। অদুগীসু মথক্তা মচা ঙাক্তা পাখঙ লৈশাবী ফাজিল্লক্লে। অহুম্নি মুপা অনী মুপী অমা।

মতম অমদা অমুমচাগীসু মুংঙাইরবা পুন্সি লৈরম্মী। ৱায়, থবক ৱানা শূরুই। অদুবু ফংলকপা হুমাংমন্দুনা অৱাবা কাউবা মখৈ খূয়া তুশিংনা পাঞ্জরম্মী। হৌজিক্তি অমুমচাগী চীনবান মকা লামজবা মতম অদু লোইখ্রে।

মিংশেন্দা তারিবা মমিদা মীৎ কুপ্তুমখৈ য়েংই, পি ঈৱা চেল্লি। নীংশিংলকই হৌখ্রবা পুন্সি, মাঙখ্রবা থৌনা।

অমুবা বড়মিস্ত্রীনি। থবক চেকশিনবা, মখুৎ নানবগীদমক্তা চেকশূবা অমা ওইনা মমিং চৎলি। মহাক্কী মখাদা মাগী তুংইনবা মী তৱামরি মঙানি।

লায়য়েংশঙ অসি শাবা হৌগৎলকপদা শূখিবা কাঙবুদু মহাক্কী কাঙবুনি। মী কুনমাথোইনি, মহাক্কী মখাদা। অয়ুক মুমিদাং খাক্তে থবক শূই, নোমই। মীয়ামদু পান্নবদা মখনাউদু খরক খরক কংই। নোংম-নোংমগী ৱাংখৎলকপা চেকলোন অদু উরগা ৱাবা কাউই।

ঠিকাদারনসু, ইঞ্জিনিয়ারনসু মহাকপুদি মশক মুন্না খঙই। মহাকপু থাজে। অদুনা পূম্নমক মঙোন্দা শিন্নে। থ্রোককী শো, লেবর পান্নবগী থবক ফাওবা মানা তৌই।

থবক শূবশিংনা হায়জিল্লকই—পৈশা পীয়ু। ঠিকাদারনা হায় থবক লোইশিল্লু। পূম্নমক য়ানবা চৎলি। ঠিকাদারগীস্তু মাঙদনবা থবক শূবশিংনস্তু য়ানবা। ইপেন পেম্মৈ।

নোংমা ঠিকাদারত্না হায়রকই—নীনি হুম্নিসিদা কাসিমদি লোইশিন্দবা য়াদে। হংচিৎ, ইঞ্জিনিয়ার লাক্কনি। রনিং বিল লৌবা ঙমগদ্রা ?

—মচাক ৱাত্রবদি ঙম্বা য়াই হুমিদাং শূবা ঙমগদবা মী অহুমদংগা নেক্লবদি।

য়াথোকখি ঠিকাদারগী অচীনবত্থ উবদা। মরমদি ঠিকাদারনা শেল ফংলগা মখোয়স্তু ফংগদৌরিবনি। য়াউশংস্তু খজিক্তা ঙায়শিল্লক্লে। মখোয়স্তু শেল পাম্লবনি। মী অহুম চৎতুনা নেকলুরে। অহীং থাউমৈ থান্দুনা শূবা তারকই।

হয়েংদি ইঞ্জিনিয়ার লাক্কনি হায়বা হুমিত্তুগী অহীং অত্থদা মখোয় মৈ থান্দুনা শূরম্মী। ইলেট্রিক লাক্কে অত্থনা হাপলেম অহুম থান্দুনা শূই। থেঙজিল্লক্লবদা পোত্থাগনি হায়ত্থনা অয়াম্বা চঙত্থনা তূম্লখ্রে। অমুদি তূম্বা চঙদে।

তোৎশিল্লুরবা হিদাক অত্থতংদি লোইথোক্লয়গে হায়ত্থনা মথন্দা শগাই মথক অত্থদা চ্যোক চন্দুনা লৈরম্মী। নোংয়াই মতুং পূং ১ তাখ্রে। ইচীক চীকই। মশা অত্থ ইচোক চোকথরে। মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি—'পৈশাতা মপাম্বা, মী ওইগদৌবা অমতা য়াওদে।'

অতোৎপা হিদাক বারতিন অমতা ঙাইরে। মত্থ লৌখৎ-লুবনি। কদোমদগী করম হায়না থোকখিবনো খঙহৌদে। মকোক অত্থ হুরু লৈরকই, মমীৎ তন্দন পাইরকই। মশাত্থ ফাবা নংহৌদ্রে। মথক্তা পৈরম্বা খুৎশু খুৎলাই চ্যোকতেক চ্যোককুপশিং

অতুগা লোয়নবা, মখাদা পৈরিবা চ্যেক মুঙ খূৎশু খূৎলাই ময়াম মরক অতুদা শগাই মথক্তগী ওন্থখ্রে।

শগাই তেকপগী অয়াকপা খোঞ্জেল অতু তাবদা থবক শূবা, পোথাগনি চঙখিবশিং অতু চেম্হোরক্লুনা লায়কন্নরে। নোং হেক ঙানবগা ঠিকাদার অতুস্থু লাক্তুনা লায়কন্নবা য়াওররে। করি অমুক হায়গনি ঠিকাদার অতুনা মীরৈপাক্তা ফাওবা পুতুনা য়েংলুরে। অতুবু বড়মিস্ত্রী অতুগী ওইথংবা খোঙগা, য়েৎথংবা খূৎকী খূৎশা অনীগদি কনবা ঙমহৌদ্রে।

তোম্বা লাক্লে। তোম্বা হেক উবদা হংই—'পূং কয়া তাখ্রে? পূং মাপলদা মন্ত্রী লাক্কনি হায়বদাই?'

তোম্বনা—নীপালতা তারি।

মাগী মুপীনা চৈশু পুশিল্লকই। শিন্নজরকই—'তাদ খরা কন্না শেন্নবীয়ু। হয়েং কোন্না চামরক য়েংবা য়াবসিবু, ঙসি হেক নীঙখায়থ্রগদৌবদৌনা তৌই।'

তোম্বগা লোয়নবা চৈশু শুর-শুরতুনা থোকখি। লম্বীদা রিক্সা অমা ফারে।

—ঠিকাদারনস্থু, ইঞ্জিনিয়ারনস্থু ঐবুদি লুনা তৌবনি ঐ উবদা মখোয় হরাওবনা লোইগনি।

তোম্বদি রা ঙাঙদে। তাদ মতায়।

মীনিল তারক্লে। মখূৎমক্লা শারম্বা অচৌবা শঙলেন অতু উবা ফংলগনি হায়বগী মুংঙাইখিবনা লমশাং লাকপগী অরাবা নীংশিংদে। মমীত্তা উরকই মচুতনা লৈতেংলবা লায়েংশঙ।

লম্বীতু জীপ, কার স্কুটরনা খুরক হাঙদমখৈ চেল্লি। সিফাই-শিংনা লম্বীগী নাক য়েত্তু ঙাকলি। রিক্সা চঙহন্দে। শঙলেন য়োগদবদি ফনা তামলি।

মীয়াম মরক্তুদা অমুমচা খোঙনা চঙবা তারম্মী।

—শ্বায়দা সুম য়েংলসিনা !

তোম্বনা হায়রকই।

—তপ্না তপ্না চঙশিনসি।

—ৱানি হায়বনি।

—পোত্থা-পোত্থা চঙসি।

নকশিল নকশিল্লক্লগা, মী কূংবা গাড়ী কূংবা হেনজিল্লকই। মী কূংলবস্থু কূংনা শঙলেন অদু উবা ফাওবদি চঙশিনজরে। অদুবু মতুদগী হেন্না চঙশিনবদি ঙমদ্রে। সিফাইশিংনা ঙাক্তুনা লৈগ্রে।

—ঠিকাদাররা ইঞ্জিনিয়াররা অমা উবরা য়েংউ। মখোয়নবু উরবদি শোয়দনা কৌশিল্লক্কনি।

মথুৎ ওইনা চৈশু অদু শোৌরদুনা ময়ায়দা চেল্লিবা অশীন অরাঙশিং অদুদা মীৎ চোইদমখৈ য়েংই।

কনামতা উদে। ঠিকাদারদি পাখৎচৈ, কোয়চেন চেল্লি। ঠিকাদারগী তালোই, মন্ত্রীশিংগী ইবেম্মশিং, ইরৈবাক্কী মচা লৈমা মরায়বক ফবীশিং লৈ পরেং পায়দুনা ঙাইরি, মন্ত্রীজীবু ওক্কদবগী।

অমু লাপনা ঠিকাদারবু উরম্মী। মহাক্কা কৌরম্মী—কুল্লবাবু ! ইবুংঙো কুল্লবাবু !

—অমু কৌরুম্মু হায়বনি, নঙনা কৌবা খুম্বা শংবা নত্তেনে।

গাড়ী লাক্লে। মীয়াম নিনবা হেনগৎলকই। মন্ত্রীজী লেঙলক্লে। মখোঙ নাম্মা তেক্লবা বড়মিস্ত্রীদু লেপ্লি হায়বা কনানা উবিগনি। মন্ত্রীজীগী মশক অমুক্তং উজহৌনবা হোৎনবদা অমনা অমবু উবা শংদে। কননা ইনশিননরকই। তোম্বনা ফনা কম্থোকপা হোৎনৈ, অদুবু অদুক য়াম্বা মীয়ামগী সমুদ্র অদুগা মথন্তগা করন্না

লাম্বা তৌরুগনি ! অমু মখুত্তগী চৈন্তু নাম্থোকখ্রে। মীয়াম মরক্তুদা তুশিল্লে।

—ঙসাইনা খরা লাপনা লেপসি হায়বদি য়াদেদো।

হায়রগা মখাদি তাদনা হৌগংপা লাক্লরম্মী। য়াম্না ৱানা শৌবোই থাংবোই তৌহুনা খরা লাপনা পুথোকচরে। অহুবু অমু জ্ঞান মাঙলে। মশাহু নীক্লে। হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলে।

থুনমক অনকপা য়ুম অমদা পুশিন্দুনা লাইকন্নরে।

মন্ত্রী হেক লাকপগা মায়কৈ মরিদগী বেগু পার্টিনা তপ্না তপ্না বেগু খোংগৎলকই।

মন্ত্রীজীনা শঙলেন হাংদোকপিরে। মীয়ামগী খুবাক খোন্না পূমনিল নিল্লি।

মীয়ামদা ওনশিন্দুনা মন্ত্রীজীনা মমল য়াম্লবা ভাষন পীরকই। মন্ত্রীগী ভাষন্দা মীয়াম্না পেল্লহুনা খুরকপা খুবাকখোন্না পূমনিল নিল্লি। লোইশিল্লকপদা মন্ত্রীনা সরকারগী মতেং পাংবা, থোই-দোক হেন্দোক্না থবক হৈবগীদমক্তা ঠিকাদারদা সনাগী তকমান অমগা সার্টিফিকেট অমগস্সু পীরম্মী।

মহু হেক লোইবগা লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংগা লোয়ননা কা কাদা চঙহুনা মীৎয়েং তারম্মী। ঙসিদা হোংজিল্লকপা ফমুং চাম্মগী অনাবা চাম্মদা মন্ত্রীজী মখুৎমক্তা শঙ্গোম ইল্লম্মী।

অরোইবদা নীংথিজনা লৈমায় চল্লবা শঙলেনগী সুমাঙদা থোক্তুনা মন্ত্রীগা লোয়ননা লৈবাক্কী য়াইতোঙ খমতোঙ ফম্নাই-বশিং মন্ত্রীজীদমক্তা লাঙলবা অথুম অহাঙ কয়া চা-থক্লি। চীংগী তমগী ইরৈবাক্কী পাখঙ লৈশাবীশিং থোক্তুনা মন্ত্রীজীগী মমাঙদা জগোই শারি ঈশৈ শক্লি। লোয়ননা মায়কৈ মরিদগী বেগুনা তপ্না তপ্না খোংলি। অকোয়বদা লৈবাক্কী প্রজাশিংনা ইন্না ইন্নহুনা কুম্মৈ য়েংলি।

৮

অমুনা জ্ঞান তারকপা মতমদদি কূম্মৈ অতু লোইরম্লে। মীসু তাক্লে।

—খরা নুঙাইরবরা ?

অমু ইঙক ঙক্লে। ভাব তারকই, মহাক জ্ঞান মাঙলুরে

—চৎপা ঙমগদ্রা ?

—ঙমগনি।

হৌগৎতুনা ফম্মি।

—ইবুঙো ঙহাক্কুং হিপথখো নুংশাসু কল্লি।

ইমুং অতুগী অহল অতুনা হায়রকই।

—রিক্সাদা হেক্তা য়ৌথ্রগে। খরা য়েৎচরমলে ৱারৌ'য়াদে।

—য়ে পাংনদবা য়াত্রা ? য়ুমদা হেক য়ৌনবা তৌরো। ইবুংঙোনা খরা ৱাবিবা তারে।

চৈশু শুর-শুরতুনা থোকলক্লে।

—তাতোম্বা ঐ করি তৌখ্রে ?

—মীনা হায়বদি য়াদে। লৈরম্মু রিক্সা অমা ফারুগে।

—ঐখোয়বু য়ুমদা চৎলদ্রো ?

—য়ুমদা চৎত্রদি কদাই চৎলুনি ?

—অমুক্কুংদি য়েংলুখিসি।

—মী লোইনা চৎনখ্রে, কনা য়েংগে হায়রিবনো ?

—শঙ অদো।

—নঙ অসিদি অঙাংগা চপ হেক্ক মান্নে।

অমুগী মরিন তোম্বনা খঙই। য়াররোই খঙলতুনা লায়েংশঙ তান্না লাক্লে।

পোংচৈ লোইশিনবা মী খরা অতু নত্তনা অতৈ লৈরমদ্রে। অমু মমীৎ চোইদমথৈ লৈতুনা য়েংজরম্মী। মোমোন নোকচরম্মী।

শঙ অসিগী ফল্লাংশিংদা মহাক্কী হুমাং, মহাক্কী ঈ চঙগ্রবনি। পূজা তৌফম মনাক অহুদা চঙশিল্লম্মী। হৌজিক ফাওবা পূজাগী পোৎ-চৈ অমতা কায়রমদ্রি। ধুপকী মৈখুদি মুৎলয়ে। অহুবু নোনথহুনা খুরুমই।

রিক্সা ফারুগে হায়হুনা তোম্বা চংখ্রে।

অমুনা খুরুম্বদগী হৌগৎলকপদা ফল্লাংদা ইরিবা ময়েকশিংহু উরম্মী। ফল্লাংহুদা নীংথিনা তরু তরু ইরি:

"লায়য়েংশঙ অসি
হাংদোকপিখি
কেন্দ্রগী গৃহ মন্ত্রীজীনা
লৈবাকপোকপা
তাং ২২, ওক্টোবর, ১৯৬৮ ইং
আশ্বিন ৩০, ১৮৯০ শক
মুমিত্তা।"

# খূৎশূম্নল

লৌরীদা লেপ্তুনা শান্না য়েংখিবদা সনা মচু মাল্লবা মরায় লুক্লবা পাম্বী মচাশিংনা মশা লুম্না হাই হুম্লিবত্থু উবদা ব্রাখিবা, চঙখিবা পাঙ্গল, শেল ঙম্না কাউথোকই। উচেক অমত্তা তুবং পাইবা য়াদে মখূত্তগী কোঙৌত্থু কম্না কম্না থীল্লত্থুনা লাউই। মুমিং তরানিমুক্তং লৈরবদি ফৌশিং অসি লোকপা য়ারগনি। 'চাবা চাদবা লৌ হেক লোইবগা, ঐনা ব্রাবা উরগা, লৈখা তাবা উরগা কল্লক পেল্লিবশিং অসিগী মমাঙদা ইচামুপী অসি লুহোংথোক্কে।' মহাক্কী অচেৎপা অরেপ্পনি।

য়াইমনা লৌ উরকপসি চহী অসিনা অহানবনি। অচুম্বা ফৌগী চরোংশিংনা কেথ কেথনা হাই-হুম্লিবসি মহাক্কী মুপীদসু য়েংহন্নিংই। মরমদি মাগী মুপীনা নোংমা হায়খি—

'য়োপাক ফাওবা য়োৎলৈ চুম্না থাবা হৈতবা কয়া জুগোৎ চাগবনোদা।'

মহাক্না নাপলগা লোয়ননা খুমখি—'ঐস্থ মুপানিনে।'

হায়বগী ৱানি মহাকস্থ কিখিদবদি নত্তে। মহাক স্কুলগী চৌকিদার ওইদুনা থা খুদিংগী শেল খরা খরা ফংজরম্মী। মদুদগী ফংলকপা খরা অদুগা মপানা থম্বীরম্বা লৌ পরি অমগী লৌশানগা ফনা কোম্না হিংজরম্বনি। চহী অনীদং মমানা ফমশেন্নদুনা লৈরম্বা অদুদা লৌ পরি অদুস্থ চিংচা-ফোইচাদা মহাজনগী মখূৎ চনখরে। সরকারনা লৌশিনবা কুমদগী মীচং শেন ৱাংহৌবনা স্কুলগী চৌকিদার ওইদুনা মীৎ মায় খরা পাঙজরম্বা অদুস্থ মুনবিখরে। চহী অমমুক থোকফম-তৌফম খঙদনা লেনখিবদা ইমুঙগী মান-চাং পূম্বস্থ তুমখরে। উপাই লৈতে।

মুমিৎ তাশিল্লক্কদৌরে, লৌকাবা মতম ওইশিল্লক্লে। অদুবু লৌপুদু য়েংবা লাক্কনি হায়বদুদা ঙাইদুনা লৈরম্মী। হন্দক্তা থেংনবনি লৌপুদু তিন্নবা কয়াম মুংঙাইবা জাৎনো খঙদ্রি। মুমিৎ ময়ূম চঙখ্রে লৌপুদুনা লাকপদু। থোইদোক্না কিজ নোল্লুকচনা ওকচরম্মী। 'মীদৌনা য়াম্না উজবা ঙমজবা নত্তে তাঙাংগীসিদা ইশামক্কীনি খন্না উজবনি। লাইবক্না থিরিবস্থ হন্দক্তা লৌতাজ-বসিদা নোংস্থ লাই হেক য়াওই। অদুমকপু ঈশ্বরনা কৃপাদি তৌবিরি, শেন্দি য়াম্না চঙখ্রে, ঈশিং চিংথোক চিংশিন্দা।'

ৱাখি তিংখিবশিংদু অমত্তা চিৎথদনা তমজনিংবনি অদুবু মদুগী তাঞ্জা পীদ্রে।

ঐনা হায়দুনি আগেদগী ফদুনা লাক্লবা লৌফম্নি।

য়াইমা নীংবা কায়রম্মী। মহাক্না খল্লম্বদি কুমশি নোং তাখিদে। লৌফম অয়াম্বা ফত্তে। অদুবু মহাক্কীদি ফৈ, অদুনা মঙোন্দা পূক্লিং থোগৎপা ৱাহৈ খরতা ওইরবস্থ তাহনগনি। তশেংনমক ফিভম অসি তানবা হোৎনবদা মহাক য়াম্না ৱাজখি।

মপূক্লিং খংনুং নুংশিরকই। মহাক্না রাজখিবা ময়ামতু মমাঙদা চোংথোক্লকই। মচান্নুপীনা খুংশূমন্দগী অনা শিকিদা তুংশিঞ্জবা শেন্না লেপচবা মমান্নবী অনী তিন্নবদা মমায় ওইজরিবা মনাদগী সনা মচেৎ অতু ফাওবা লবুক অসিগী লৈহাওনা চুপথ্রবনি। নোংজু-নুংশা তিম্ফা-কাকফৈ মরক্তা চাবা মচেৎ তুম্বা মচেত্তা ফিভম অসি ওইখিবনি।

অতুবু খুমখিদে। খুমলুনবগী থৌনা লৈজদে। মপূক্লিংদদি রারোই। নীংবা কায়না হল্লকখি ময়ূমদা। ফমুংদা লোংখাক লোংনা হেক হিপথবদা অমুক্তা নীংশিংলুদবা হিসাব ময়াম অমা মমাংদা চোঙথোক্লকই। মহাক্না মখুৎ থেকতুনা পারুবদদি "লৌশানগী ফৌপোৎ তরানীথোই, শনশানগী ফৌপোৎ নীপাল মচান্নুপীগী সনা থম্বতুগী শেন্দোয়নে, শেল্লেপনে লুপা চনী য়াখ্বে। ফৌনা শঙবাইদা লুপা কুনমঙা পীরবদি ফৌপোৎ মঙা থরান্দগী পূতুনা চাখিবা, ফৌপোৎ নীপাল ঈশিং চিংথোক-চিংশিন্দা, মহাজন্দগী পূখিবা লুপা চাম্না লুপা তরামঙা খূদিংগী ফৌ শঙবাই অমা অতুনদি ফৌ পোংভুম নাম্না পূন্না ফৌপোৎ কুন্থ্রাতরুক নাম্না শুরে।

করিগুম্বা লাইবক ফদনা ফৌপোৎ য়াঙ্খোমুক থোকপিরবদি ফৌপোৎ তরামরি নাম্না খক লেন্নী। শিজিন্নগদবদি কোকথোঙ অমা রাংলি।

লৌরোক শেলস্থু লৈতে মতুস্থু পূবা তাবনি য়ামদ্রবদা লুপা চহুমমুক্তি চঙগনি মতুদা ফৌপোৎ অহুম্মুক চঙখরো, শেন্দোয়নে করিনে মী মঙাগী চানবা থাদা শঙবাই অহুম অহুমদং পারবস্থু চহী অমগী ফৌপোৎ তরানীপালদি থমদবা য়াদে। মসিগী মথক্তা অঙাংগী ফিজেৎ, মরূপাকী শেম্থাং পোৎয়েংগী রাংলি।

কুম ফত্রবস্যু ফৌ থোক্রবস্যু পূবনি খণ্ডদে লাকপনি খণ্ডদে মহাজনগী লৌশান, শনশান, পূরুবা শেন্দি শিংদবা য়াদে, পীদবা য়াদে। মচাম্নুপী লুহোংবদি য়াম্না লাপনা লৈখরে। খল্লুবদা শ্বর ফুনগৎলি।

—লৌপুত্থু লাক্লম্বদাই ?

মাগী মুপীনা হংলকই।

খুমদে।

—লোইদাং খুনৌদগীনি হায় নচা য়েংবা মী খরা লাক্লম্মী। ফন ফনা তাই লৌ-শিং কাস্যু লৈ, চাবা থকপা রাক্তে হায়। অঙাং মশেনস্যু খঙনমাল্লে। মখোয়দি য়াম্না থুজিন্নিংবগী রা হায়রম্মী। মপাগী রা তাত্রবদি হায়ত্থুনা থাপ্রবনি।

খুমদি খুমদে য়াইমা। অত্থুবু মচা হায়বা লাক্লম্বগী রা তাবদা মশাদা ইনিল অমা লাকই। মাগী মুপানা ইখুম খুমলক্তবত্থুদা মুপী অত্থু, তূমগ্রমাল্লে হায়ত্থুনা মখা তারকত্রে। মমাঙদা লৈরম্বা হিসাব মরক্তুদা লুহোংবগী ফিজেৎ লৈতেংলবী মচাম্নুপীনা সভা মাণ্ডপ ময়ায়দা লৈ পরেং অমা পায়ত্থুনা লেপ্লগুম ভরকই। হিসাব পূম্বা মাঙখ্রে। তপ্না তপ্না মমীৎ উইথখি।

মীনা স্বাই পানা তিল্লে। ঙসিদি য়াইমগী মচাম্নুপী লুহোংবা মুমিৎনি। মশাত্থু ঙৈহাক্তা লৈতাদে। অমনা অমা অমনা অমা হায়জল্লকই। কোয়চেন চেন্দুনা নোমই ! লুহোংবা লোইত্থুনা দোলাইথক্তা কাখৎখ্রে মচাম্নুপী। দোলাইত্থু যাত্রা হেক তৌরকপদা কদোমদগীনো খঙহৌদনা অখাক অরাওগা লোয়ননা নোং চুথরক্লম্মী। তৌফম খঙত্রত্থুনা খা-রাং চেল্লি য়াইমা। অকাম্বা রাহৈনা চৈ-থাংলি।

—থোরাইমচাগী নোং, থোরাইমচাগী নোং।

চৈনা চৈনা মীকপ থোক্লকই য়াইমা। মপান্দা মখোল অমা তায়। নোং চুরে। নোংঙাস্রি। অহীং অতুমা মীকপ অমা ফাওবা তূমখিদে। হাংগত্রা খল্লি হাংদে। মুমিৎ মরিনি শুজিনখরে, লবুক্তা থোক্‌না য়েংই। সনা মচু মাল্লবা ফৌশিং অদো ঙম্না তুরে। হয়েংতগা চুরবদি মতোন থোক্লগনি।

॥ ১৯৭০ ইং ॥

# ব্রাহ

চৈফমতনা পুন্সিসি পিক থল্লে। চৈফমশিং অদো ঐঙোন্নদি ব্রাহংনি। খল্লোই য়াদে ব্রাহং অমগী মথংদা অমা।

—ঐবু কনাদা করি লানখ্রবগে !

লোইনা হৈদোক্লে। গাড়ীনস্থু ঙম্না তকথাইবিরে—মনা-মশীং পূম্বা ইচাই চাইরে। হৌজিক্তা শোল্লি-শোল্লি মুরুম মুরুম শোল্লহুনা চংখিবনি। ঐনা ফুটপাঠতা লেপলিঙৈদা হংলমই—লুপা অমা মথায়দা সিকি অমগা পৈশা মঙা হাপ্লবদি কয়ানো ?

—লুপা অমগা সিকি'হুম পৈশা মঙানি।

মীয়াম চংলি। কূম্মে শঙলোমদগী হাইদোরকই মুপা মুপী নোক্কা খেনা, কনানস্থু খুদি থিরবী হম্নুবীহু য়েংলমদে। অউবশিংস্থু য়েংলমলগা চংখি। শোল্লগদা চংখি—ইহে ! তুশিল্লমাল্লেদো ! হম্নুবীদো মথন্তা তকথাইবিরম্লবা মনা-মশীংশিং অদো খুনগংলি।

—কৈদৌরে ইমা ?

—অহল ওইরদি মথোং চাপোৎ নত্তেদা। করি ওইনি তুশিল্লিনিদনা।

কনাদনো তাইনরুদৌসি ! মহাক্না কনাদা করি লানখিত্নুা ফিভম অসি ওইরিবনো ! ঐখোয়না কনাদা করি লানখিত্নুা ফিভম অসি ওইরিবনো !

চা গ্লাস অমগী মমলতং পীয়ু হায়রুবদা ইমানা খুমলকখি—কদাইদগী কোৎলু হায়রিনো ? য়ুমদনা থুম ফাওবা থাক্লিংঙাই লৈত্রে। মুংতিগী লুপা অমা, মখায় অমা।

মখোয়শিং অতুনা শক্তোকপগী লোইবা নাইদবা ফুরিৎখাউ পানবা মরূপ মপাংশিং অতুনা তাবা থোক্লবদি শিথ-শিথ নোক্কনি। শোইদনা নোক্কনি।

ইমানা মখা অমুক তারকই—নমান্নবদি মতু-মচা থিত্নুা মমা-মপা থাক্লবনি। ইচা মুপা পোকই কৈকান্নদোইনো ?

—অতু ঐবু করি তৌ হায়রিবনো ? মীমচাদৌনা ঐবু শেম্বিবরো ? নখোয়না ঐগীদমক করি তৌবিবগে ? থবক পীয়ুনে, থবক তৌগে।

তানফম থোক্লিব্রা সিবু ! শোল্লবী, চহীনা মখুং মশা পূম্বা থুদেক্লবা ইমা হন্নুবীসিদা হায়ফম থোক্লিবা রারা ! নহা ওইরিবা ঈ নৌরিবা ঐবু করি তৌবা ঙম্নিবগে ! মখোয়না ঙসি ফংলিবা ওইরিবা ফিভমসি মমা মপা ওইরুবা অতুগী চৈরাক্না ! অতু ওইবা তারবদি মপোক ফবা মরূপ মপাংশিং অতুগী মমা মপাস্থু ফংফম থোকত্রা !

ইমুঙদা ইমানা তত্তনা ঙাঙই। নোংমনা তুমিন্না তাশিননৈ। নোংমনা থীনস্থু থৎনৈ। অমনবা ঐগী য়ুম, অহল ওইরবী ইমা, অমনবা রাখল। ঐবু তম্বহল্লি। য়ুমদা শুকহনমক হঙ্জিল্লরোই খন্দুনা থোরকখি। ইমানস্থু লাউহৌই—ঙমজত্রে কদাইদনো

চৎপিখ্রো, লাইদোনা লাৎপা ঙমজদ্রে।

কদায়দনো চৎকদবা! অয়ূক অমা হুজ্জিন্দে। মুমিৎ তারে। অমম্বনা মচু শঙগ্রবদা ঐগী ৱাখলস্তু মমশিল্লকই। কৈথেন্দা তিল্লম্বা, চৎলম্বা মীয়াম করি অমুক হায়গনি মচীঞ্জাক থিরুবা উচেক ৱায়া পূম্বা হুজ্জিনখি ময়ূম ময়ুমদা। অতুগা ঐনা কদাইদা! থেঙলে খল্লিভৈদা নীংশিংলুবা তৌদনা হৈনদ্রবা লৈনিংদ্রবা য়ূমতুগী থোঙদা লেপলুই।

অথিবা ৱাহৈনা ঐবু তাম্বোক্লকখিবা ইমাদো তূমলমদে। কৌফাৎতনা থোঙ হাংদোকলকই। ৱা ঙাঙদে। চাক চাকলুক অমসু লৈরম্মী। ফুঙ্গাদা মৈ য়াইনা ইমানা ঙাঙলকই—'নঙবু কৈদোবগে থবক অমত্তদি তৌশিনসি। য়ূমসিস্থ নোং চুরক্লবদি লৈবা য়াররোই। ঐনা নাতুনা হেক লৈখিবদা করিনো নঙনা তৌগ-দবা?' ঐবু মুংশিবিবা শাবা মীওইশিংনা ঐভোন্দা তত্তনা হায়—'কৈদোবগে নঙবু থবক অমা তৌশিল্লু। নঙ অমা লৈনা লৈনা শোল্লবী নমা হনুবী অসিনা মুংশা মরক্তা য়েঙ্গাং নাপী য়োল্লিবসিবু য়েংবা মুংঙাইরিবরো?

ঐ নোকখি। ঐনা নোক্লিবতুদা খুমখিৰা পাউখুম অতুদি মখোয় খঙলমগদ্রা! ঐগীস্তু য়ুনিবর্সিটিনা পীবা সার্টিফিকেট লৈ। চাংয়েং কয়া য়াওখি। অতুবু চাংয়েংশিং অতুনা ঐগী সার্টিফিকেটপুদি তাম্বোকপিরকখি। মরমদি ঐগী ইমা লুখ্রাবীনি, লায়রৈ, মরূপ মপাং মীচঙ লৈজদে।

মুংশাদা ইমানা ঈ দান তৌই। মতুদগী ফংলকপা মমলনা ঐ হিংডি। ঐস্থ খঙই। অতুবু তৌগদবসি করিনো? ঐনা য়ূমগী মখাদা ঙাইহাক্তা লৈতবগী মরম খঙলমগদ্রা!

চেঙ শোৎলুবগী, হরাই শোৎলুবগী, থুম থাউ মোরোক শোৎলু-পূরুবগী থৌবা লাকপশিংনা ইমাবু থীনা থীনা চৈবদো,

ঙাঙবদো ঐ তাবা ঙমদে। ঐস্মু মীনি। ইমাগী মচু লাংশিল্লবা মায় উনিংদে। পান্থে লৈত্রবা ইমানা অরোইবা ওইনা শীজিন্ন-খিবা ব্রাহৈ অতু তারগা ঐ খাঙবা ঙমদে —ঐখোয়স্মু স্নুম হায়নদি স্নুম লৈরোইদনা ঐগীস্মু ইচানুপা পোকলিয়ে।

ইমাগী আশানা ঐ। ঐগী আশানা করি! ঙাইরি করিনো খঙদে ঙাইরি মসি নত্রা! অহিংবা শাতুনা চৎলি, মীয়াম্না চৎনবা পাউনা রোডকী অচিনবা মরক্তা, মসিদগী হেনবা করি লৈরি!

—ইবুংঙো মোজা ফুরিৎ য়েনফম কদোমদনো?

অহল অমা ইনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা হংলৈ। ফি ময়োম অমা পায়। ব্রাগা কোন্নবা অহল অমা খঙনিং নীংশিংলকই।

গোংমা স্নুমিৎ চপ য়ুংবা মতমদনি। ডাকঘর মনাক্কী খোং-নাংখোঙ মনাক্তা অহল অমা মতু শোন্না কোয়না-কোয়না য়েংতুনা লৈরম্মী।

—ইবুংঙো। ঐনা লৈরিবসি কদায়দনো?

—ডাকঘর মনাক্কি খুরা।

—খ্বাইরমবন্দ য়োগদবা কয়াম ব্রাৎলি?

—ঐস্মু য়োগদবনি চৎসি।

লম্বী ঙাওরমালে হায়তুনা ঐনা পুবিরকখি।

—কদায় য়োগদবনো?

—খুদৈবন্দ য়োগদবনি। ইপাদি দশা অমা তারুদনা ওস্থোক্লা ইকায়খ্রে।

—কৈদৌরবগে?

—ঙরাংতু নচন স্নুপীগী জোইপুর অমতংগা য়োৎপাক অমগা লৈগে, শগোল হব্রাই খরা লৈ মসিস্মু য়োম্থোক্কে হায়তুনা কারকপনি।

ফি লৈরুরগা ডাক্তোর মনীংগী লম্বীতুদা গাড়ী লাকই হায়তুনা লেপ্লিডৈদা মুপা অমা হোবে হোবে চেল্লকই। অতুগা ময়োম অমা ঐডোন্দা পীশিল্লমলগা চেনখ্রে। ইঙক ঙক্লিডৈদা মীয়াম অমা ফুজিল্লক্কুনা ঐবু ইকোয় কোয়শিল্লরে। মফম মরাং খঙহৌদনা করিনো অমনা ইকোক্তা ফৃথরকই। করিমক্তা হায়বা নংহৌদে। জ্ঞান অতুম মাঙলে। করি থোকখ্রবা খঙহৌদে। জ্ঞান তারকপদা থানা বাবু অনীথক্কা লোয়ননা মীয়াম্না ইকোয় কোয়-শিন্দুনা লৈরম্মী। ঐনা মীৎ পাঙথোরকপত্তু উবদা থানা বাবুতুনা

—তৌশিন্নমু হন্নুবা অস্তুক অহল ওইরগা হুরানবস্থ য়াওরি।

ঐ ইঙক ঙকই। খুমগে হোৎনবা তাঞ্জা ফংখিদে। অতুদগী ঐবু গাড়ী অমদা পুরগা অহীংসিমা খুরবা নমথিরবা কা অমদা থমই। হৌজিক্তা ঐবু কৌথোক্লগা ঐগী ৱারী তাবদগী থাদোকপিরক্লিবসিনি।

হুরানবা অতু হিংখ্রেদনা, পঙজবগী হন্নুবতু চৈরাক ফংহৌই। ঐস্থ পঙই অতুনা ঐগী শরুক থুংবিদে। থৌদোক্কুদা লানথিবসি কনানো! হুরানবতুগী মরান ওইবা তারবদি, মহাক্না হুৱাল্লুবগী চৈরাক অহল অতুনা ফংলিবা করিগীনো!

—ইবুংঙো অমনদি সোমদা য়োল্লি হায়নে।

হন্নুবতুনা মথা তারকই।

—তাকচগে তাকচগে খুরা।

মোজা ফুরিৎ য়োনফম অমদা অহল অতু থনম্নগা ৱাহং অমা পুরতুনা চৎপা অমুক হৌই। মহাকস্থ য়োপাক লৈবা লাকপা অহল অতুগী দশা অতু তারোইদ্রা!

করিদি লৈ পাম্বে। ঐনা করিগী ৱারুনি। ঐগীদমক কনা ৱাবী! অস্তুম্না মাগীস্থ ঐনা ৱাবা শংদে, ঐগীস্থ কনানা ৱাবীদে। কনাগা কনাগস্থ মরী থোক্লদ্রে।

—পৈশা মঙাদা !

পীক্লবা খুৎ অমখক তিংথোরকই। হৌনা ঈশৈ শকলকই, কৌতা অতু খিঙলকই। অঙাং অতুগী নঙ্গলদা অঙাং অমসু পোরি। নোক্কদবতা মঙায়রে। ঐ‌েঙান্দগীবু পৈশা। ইম্ফাল সহরনদি ঐবু শক খঙই। সহর অসিগী হোটেলনা, পান দুকান্না ঐবু খঙবা ঙাক্তনি। সহর অসিগী চাক্লিবা ফাওবনা ঐগী ফুরিৎ-খাউগী ফিভম খঙবনি। ঐনা ময়ুংঙাইজরিবদি সহর অসিদা ঐবু শক খঙদবা চাক্লিবা অমা লৈরম্বা অসিনি।

ঐ ব্রা অমত্তা ঙাঙলমদে ঙাঙলুবগীসু কাম্নদে। মহাক নীংবা কায়না চংখি। ঐ নীংবা কায়না হল্লকই। অনৌবা নত্তে নীংবা কায়বা মাগীসু ঐগীসু। অতুবু ব্রাহং অর্মদি মানসু পীরম্লে—মমীৎ ফাওবা পাঙবা হৈত্রিবা ঙরাংতগী অঙাং অসিনা করি লানখিতুনা ফিভম অসি ওইরিবা! সিনেমা হোলদগী হাইদোরকপা ময়ুপা ময়ুপীশিংগী অরাঙবা মীনিল মরক্তা তারি তানগা লোয়নননা অঙাং অতুগী ঈশৈদো। মহাক চংখ্রে।

মীয়াম মরক্তুদা মৈতৈ পাখঙ অমসু রিক্সা মথক্তা লাউর-লাউরদুনা চংখি—বরফ বরফ শঙ্গোম বরফ, কমলা বরফ……।

॥ ১৯৭০ ইং ॥

# নাহেখোল

লময়ায়দা ইশাং শাংনা তারিবা মুংশা মঙাল অতু উবদা ইফিং ফিংনা হৌগৎলকই। মমীৎ মমায় ফাওবা তাবা নংদে, মফি শেৎচিল্লগা খাউ অমা পায়তুনা থোরক্লে।

অফেঙবা কোন্দু পুরতুনা মমাতু পুখ্রিরোমদগী কারকই।

—ইমা পৈশাদি?

—মোন মখাদা লৈহৌদাইনে।

—নংথিদ্রা ?

—মরাইনা নংজনি। তপ্পা চৎলু।

ইবোতোম্বী খাউ অমা য়াল্লতুনা থোকখি। শুমাং মতোন্দা লেপ্লতুনা মচাগী লম্বীতু য়েংলতুনা লৈহৌই। লাউরকই—তপ্পা চৎলুকো।

ঙরাংদি ঙন্তা চৎপনিনা ঙম্না হল্লকই। ঙসিদি নোংদম নাইদ্রে অতুবু ফংদবদি য়াদে, থেঙবশু য়াদে। সরকারনা হাংবা

অহোঙবা তুকান্দগী চেঙ, চিনি, কেরোসিন, য়ান্নচিংবা ইমুঙগী ফংফম থোকপা লৌরুরগা অতোপ্পা তুকান অমদা য়োল্লুগদৌরিবনি। ফংলকপা শেন্দোং অতুনা চেঙ নত্রগা য়াম খরা হোঙবতু ব্রাল্লতুনা নোংমগী চরা নোংখন্নগদৌরিবনি। চরা অতু চারগা মমানা হুজিরা শূবা চংকনি। হৌগং কাঙখৎপা ঙমত্রবা মপানা য়ুম শঙতুনা লৈহৌগনি।

খাউ অতু মঙকশমদা য়ানশিল্লগা লম্বীদগী মুঙ খরা খুল্লতুনা শান্ন শান্নতুনা চেনবোই চৎপোই তৌতুনা লাকই। মহাক্কীদি শান্নবা হায়ববু মসিনি।

—তোম্বী নঙ নমিং ককথৎলবনি ওঝানা।

ইঙোবীনা লাউরকই। খুমলমদে। হায়ফেত্তা য়েংলম্মী। মপানা মখুং শমলতুনা চংলিবা মপা মচাবু উরগা মপূক্কিং মুংশিরকই। মহাক্কী মপা লৈ। অতুবু ইঙোবীগুন্না মরেক মহাও থাংনা, মপাগী মফমদা নাওথি শাজবনি ফংদ্রে। শূয়, নোমই, চহীগা চান্নদনা, অচোপ অরেম, মপা চাবা চাদবা থিদনা। অতুবু নোংমতম্ সু চরা অনীগুনা চাবদি ফংজদ্রি।

পীক্লিবা ইবোতোম্বীসু ইকায়বা লৈ। মমান্নবশিংনা ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুঙগী মচা মগুশিংনা মঙোন্দা করি মীৎয়েং য়েংলিবা মহাকসু খঙই। মঙোন্দদি মতু অনৌবা নত্তে। অমুক অমুক খন্থরুরগা প্রোক প্রোক চাকপমথৈ শাউনিংই। শাউনিংই কৈদৌনি!

ব্রাহং অমদি পীক্লিবা অঙাং অতুদসু হংলি—খেন্নবা অসি করন্না ওইরিবনো! মী অমবুনা লৈত লায়রগী শারবা মৈরক্কা অমবুনা মোন্তেক মোন্দুম মথক্কা!

অতুবু কনানা খুম্বীগনি।

চৎপা লেপ্তে তোম্বী। মীনিল তারক্লে। মুংশা থিবা হেঙ্গংলকই। মহাক্কী লেপফম লৈরমগনি নীংদে। মতুগী মথক্তা য়েনবগী মতমস্তু অককনৈ পূং ৬-৩০ দগী পূং ৮ ফাওবতনি। ফংহৌদবত্তু মরাচানি। মখোয় খরগীদি নিয়ম অসিগী মমুং চন্দে। মখোয় অতুদি সরকারনা লেপ্পা মমলদগী শেন্দোং হাপ্লগা পূম্না লৌবা ওম্বা, মখোয়গী মমা মচা, মচীন মনাও, মরূপ মপাঙ নত্রগা মরী মতাশিং মখোয়তুগীদমক্তদি মতম নাইদে, অকক্কবা চাকথুং লৈতে। পীনিংবত্তু পীগনি। খতাদা মতম হেল্লে হায়তুনা পীখি-দ্রবশিং নত্রগা শেল লৈতত্তুনা লৌখিদ্রবশিং অতুগী মিং—য়েৎকী, ওইগী, খুবীগী, খুনাওবীগী সহি।

মহাক্লা খল্লম্বা অতুমক থোক্লে। শাংলবা মীয়াম পরেংনা মাগী লৈফম পীদ্রে। ফংগনি হায়বদি উদ্রে। অতুবু খ্বাইগী মমৈদা চঙতুনা লেপ্লম্মী। মহাক্লা হেক ফমথগে তৌবদা মমাঙ-মক্তদা মুপী অনীথক খৎনরকই।

—ঐনা হান্না লাকপনি। লাই মীনমগন্নু তৌওম্বী।

—মম্নিৈদা হৌগৎতুনা মুঙজাও অসি থমজরম্নবনি।

—নঙগী থম্লম্বা কনা খঙগে, নমিং ইব্রা?

অরাই অখুম তৌনরকই। অকাম্বা রাহৈ পন্দুনা চৈনরকই। খাম্বা য়াদ্রে, খুৎ থোক্করক্লে, মশম ফোয়নরকই।

—তোক্লোনেহে কুমশি মরাইশা।

—খাম্বা য়াদ্রবদি শিগে শিনজরো।

অনী অদো নম্নরি।

কনামতা মচী লেংদে। মচীন মচীন্দি লাউরি—কনানো অমতা খাম্মু, শিনরনি।

লেপফমতুদগী মীকানবদা কনাম্ভু থোরক্তুনা খামদে। মতুগী মহুত্তা ইম্নে মাঙ থাগদবগী।

লম্বী চৎপা মী খরা চঙলক্কু না খামৈ। চৈরম্মী—মথিবোং-গীতা খনবা করম্বা লমশাশিংনো। মী শিনদৌরফাওবা খামদে। কনাস্থু খুমদে। তাই অত্থু তাশিন্নদে।

*

—ওম্মোরুস্মু তপ্না য়েনখ্রে। ঙৈহাক লৈরদি মতম লোইরে হায়রক্লনি।

—ইমাইপেম্মা হায়রু লাকউম্ম। য়েল্লরোইকা হায়রকপস্থু খঙদে।

—অঙাং খোম ফাওবা পিথক্লমদে তূমহৌবনি, হৌগৎলম-দনা লান শারমবরা খঙদে।

—করম তৌনি, নপাপ-ইপাপকিনিদনা।

—মমাং লৈকাইগীদি মী অমদা চেঙ কিলো অমমম পী, অয়ুক মুংথিল নাইদনা য়েল্লি। ঐখোয়গীসিনা করম তৌরিজাৎনো? নোংমতং থেঙবদা লৈত্রে হেক্তা হায়।

—মীগীদি ইবেম্মা চপ হেক্তা মান্নে, সরকারদা চত্তুনা নুগীও নুপাও হেক্তা হায়রুই।

—হোই অত্থুগী হায়রবদি ফমনখ্রে।

*

—ইবেম্মা মখোয়গী ভোট হায়বত্থু কয়াম ব্লাংলি

—কৈদৌগেগে ইচে?

—হন্দক্তি লাকসম্মু খঙনি। ভোট ময়াদনা নে, নে। প্রধান্নি হায়ত্থুনা তৌরিসিনা মখোয় লৈকাইদনা চেঙ ভারি ভারি হেক মপীবা।

—অতুদা তৌজনবা লেপ্লি নত্ত্রো শেল তিংনা।

হন্দক্তি মমল চপ চানা লৌনি। নত্ত্রগা শুকথা হেক থাদরোই। মখোয় মখোয়গী মতু মচা মুংঙাইনবা, ঐখোয়না য়ুমলোন কৈরোম্নবা ফাওবা কৌনদবা মথৈ ভোট খোম্বা। পাঙ্গলসু ৱাবা, মতমসু মাঙবা।

—মী অপঙবা লানওইনৈ হায়বতুনিদনা ইচে।

*

—যামীনি নবোক নাই হায়তুদি কমদৌরে?

—ফত্তেদা ইচে।

—মাইবনবু করি হায়রিবগে? অঙাংতু মঙক লেকথরে, খরা কোনশিনবিয়ু।

নহোং শেম্না শেম্না খুমলকই—দক্ষিনা থাদে হায়তুনা মাইবতুসু লাকপিখিগ্রে। খঙদ্রেদা তৌদৌসি, চানববু হোৎনগদ্রা, অঙাংবু শেম্নগদ্রা, অনাববু হোৎনগদ্রা?

খৎনরিবা, লাউনরিবা ঙাঙনরিবশিং অতু তুমিন্না তাই—তোম্বী। অতুবু থরায়দি লুপশিল্লুদে। মীৎলিতুম নাই—মমাঙ পরেং অতুদা য়েংবদা।

ইখঙ খঙহৌদনা হন্নুবী অমা ৱান্থকই।

—কৈনো অমা তৌগ্রে হন্নুবীসি।

—অমুক্তা হৌগৎপিয়ুদনা।

লাউতা মরাওই। কনাসু হৌগৎলক্তে। ৱান্থরিবতুগী মরমদি পূম্নমক খঙনবা ঙাকনি। কাইনথংদা মুপী অমখক থোক্লকই। মহাক্কা হেক য়ুমথংননা লৈবা মীনি।

পূংদি নিপাল তাশিনখ্রে। মীগী পরেংদি শাংলি। ইবোতোম্বীদি শাংলবা পরেং অতুগীসু মমৈনি।

মণ্ডল মণ্ডল খল্লকই। ফংহৌদ্রবদি কমদৌবা! চরা অসিমা পূক থন্না অয়াওবা শেল অসিনা চেঙ ৱাম্থোক্লগা চাবা নত্রগা ঙসিসিমা চরা হেন্দোক্লগা তুংগী মুমিৎশিংদা চরা হেনগদবত্তুদগী কনবা! অনীসিগী মরক্তগী অমদি চেনবা য়াদ্রে।

—ঐখোয় খরতস্থু ঙাইরে য়েম্থোকপিরোবা কৈদৌগে।

—ঐখোয়বু মেছিনলো ওন্না লাক য়াদ্রো!

মহাজন্দুনা খুমলকই। কনাস্থু মখা তারমদে। মীয়ামত্তু ওয়া চৎনখ্রে। মচীন্দদি মুরুম মুরুম শোল্লি—কচ্ছুবী মচাশিংসিদা কুমশি মরাই য়াওখ্রসন্নু।

ইবোতোম্বীদি খাউ অত্তু য়াল্লত্তুনা অত্তুম লেপলি। মকোক ঙাওরে। করিনো তৌগদবা! ফনা কুইনা উংত্তুনা লৈরুরে। মহাক্না জ্ঞান তারকপদদি তুকান্দার অত্তুগা মখোয় মুপী অনীগা নত্তনা অতৈ লৈরমদ্রে। মুপী অত্তুনা চেঙ বোড়া অমা মন্নুংদগী পুথোরকই। চিনি ময়োমশিং অত্তু মশিং থিরম্মী। ইবোতোম্বী মমীং কূপ্তমখৈ য়েংলম্মী। মহাজন অত্তুনা শেল থীরি। মখোয় নোক্লি। মন্নুংদগী মুপী অমনা চা পুথোরকই।

মমায় মমায়ত্তু ওনশিন্নরত্তুনা নোক খেরত্তুনা মখোয় চা থক্লি। ঙৈহাক অত্তুন্না লৈরম্লগা চেঙ বোড়া অত্তুগা চিনি ময়োম অচৌ-বত্তুগা পুরত্তুনা মুপী অদো থোকখ্রে।

মসি অনৌবা নত্তে। পূন্নমক্না খঙই—তুকান্দারনা করম্না চেঙ য়েনবা, সরকারদগী করম্না লৌরকপা। অত্তুবু মহাজননা অহেনবা মমলদা চেঙ থারবস্থু, মখোয়গী চাকথুং পীবিদ্রিবস্থু, ৱাৎনবু পীরবস্থু, কনাস্থু হায়রুবা ঙমদে। মখোয়না হেক হায়রুবদা খুমলক্কনি।

—ফরে ঐখোয়না য়েনবসি পেন্দ্রগা সরকারদা চৎতুনা হায়রুরো। নরিল লৈরগনা কনানো থোকলক্তুনা হেক্তা য়েল্লো।

লায়রবা খুঙ্গংনি কনা থোক্লক্কনি। অহুনা উরবস্থু উদে, খণ্ডলবস্থু খণ্ডদে। মসিদা ইবোতোম্বীগুম্বা অঙাং অমনা করি তৌবা ঙমলুগনি। অহুবু পূম্নমক্কু উরুই।

হুকানগী ফান মথক্তা চাইহুনা লৈরিবা চিনি ময়োমশিং, পৈহুনা লৈরিবা চেঙ, গাড়ী মথক্তা ফম্লিবা মপূক নোইরবা মহাজন অদো উবদা মশাহু থক থক নীক্লম্মী। পূম্নমক্কুনা মাবু লক্কবগুম তৌরম্মী।

মুংগী অশাউবহু মৈরি থোক্লকলে। মমীৎ অহু কোয়লৈ লৈহুনা য়েংলম্মী।

মনাক্তা চেকতুম, মুংহুম কয়া তারি। তপ্না তপ্না চঙশিন্দুনা মুঙহুম অমা খুল্লম্মী। খুদক অহুমক্তদা চেনশিন্দুনা মুঙ অদো মহাজন তম্না লংশিল্লম্মী।

মুঙ মচা অহুনা পানবা ঙম্বা মহাজন নত্তে। খুদক্তা চেন্থোরকই, হুকান অহুদগী অথাকপা মুপা অনীখক। ইবোতোম্বী ফারে। ফুবা য়াবা ফুরে। মীয়াম চেনশিন্নরকই। মীয়াম তিল্লকপহুদা মহাজন্দু থোরকই। ইখঙ খঙদবগুম থোরক্কুনা হংলৈ—কৈদৌরে ?

—হুকান্দগী পোৎ লাক্লিবনি। অহুগস্থু মুঙনা থাজবস্থু শাই। কায়রিবা মিংশেনশিং অসি নখোয় নমা নপাহুনা শিং ঙম্বা জাৎ নত্তেনে।

মহাজন্দু খঙই, শাংথনরক্লবদি ফরোই। অহুনা হায়রকই— ফরে অঙাংনি, অতোপ্পস্থু নত্তে।

মশামক্তা ইবোতোম্বীগী মখুৎ পায়হুনা ময়ুম তম্না থিল্লকই।

মুংশা থীবগা লোয়ননা মচাগা মহাজনগা লাকপহুদা ইবো-তোম্বী মমাদো হংলকই—কৈদৌরে তাঙাং ?

—নচাসি লম হেন্দৌরি ইবেন্মা। ঐ ওইবগী ফবনি। কনাগুম্বা ওইরবদি থনাগী মথুং য়ৌগ্রগনি।

—করি তৌরবগে?

—লাক্কুনা য়েংলোলাও। তুকানগী উপু মিংশেল অমত্তা য়াওহৌদ্রবনি। অস্মুক পীক্লা তাকু ওইরবদি কমদৌনি?

ইবোতোম্বীগী মমাদো রা ঙাঙদে, ইকায় খুংশি য়াননা চেনশিল্লক্কুনা কপ্লিবা মচাতু মহাজন অতুগী মমাঙদা কম্থি থোক্লা ফুরম্মী।

মহাজন চংখ্রে।

চৈনাখোলতু ফগ্রবদা ইবোতোম্বীস্তু কপ্পা তোকখ্রে।

অতুবু মমাগী মমীৎ অনীগী পি অতুদি খম্বা নাইদনা শিন্থরি।

১৯৭০ ইং ॥

# তকখায়রকপা

থক্তগী হৈথরকপা কালেনগী মৈশা, চদংনরবা পূক্কী ৱাকং কোথক্কী অরূম্বা পোংলুম—ৱা ঙাঙনিংদে, হৈনিংদে। অদুবু মঙম শান্দ্রবা মখোঙ অদু থাংলি, থম্বাল।

—নখোঙ অদু খরা থুনা থাংউ কৈদৌবগে, মতম লেন্নবা তৌরম্মু, পৈশানা পাম্লিদি।

লাউরি ঠিকাদারগী মোহোরি নহা অদুনা উরুমদা লেপ্লদুনা।

১—ইবুংঙোখোয় চংলিনে ঐখোয়স্মু। মেচিনমক্তি নত্তেদনা।

—অদুক শূনিংদ্রগা কৈদৌলাকইনো, হজিরা শূদ শূবী অতাক্লে।

২—কনাস্মু হাজিরা শূনিংপোং নত্তেদা। মুমদা ফমদুনা মীদৌনা জিপ কার তোংদ্রবস্মু ইশু ইচা লক্কদুনা লৈনিংলিপোংনি।

—মুপা মুপাশিংদুনা কৈদৌলৈগে? অদুক কাম্নদবা মুপাদুবু কোক হেক থাইনথোকউ।

৬—মতুদি কৈদগী য়াদগে ? অমুক ৱানা শূজরিসি হোৱেন কনাগা পোখারুনি ?

পূন্নমক হৌনরুবা তৌদনা য়া লাউনা নোকই।

১—ইবুংঙোবু য়ুমদা হনখিবদা ইবেম্মাতুনা ঙৈহাক্তং লৈকাই হুল্লাললম্বদা করি ওইবগে সনা পূক্লিংতুবু ?

—কদাইদগীনোদা মুপী থিজদ্রিবা ঐবু।

করামচাওবা মোহোৱীগী মমীৎতু থম্বাল তম্লকই।

—ইতৈমা হায়সু হায়বনি ঐগীতুম অমত্তা থিবিয়ু।

২—তৌমুদা য়ুমগী ইবেম্মতুনা তারগা ইমুঙ-মমুঙ মহী লাঙ-গদবা ৱাতু। ঐখোয় পাপ পূবা ঙমজৱোই।

—ফাগি নত্তে মৌ ওইবসু য়াই, পূকচেনবু তিন্নরবদি।

৩—ইবুংঙোগী ৱাসি মৱৌ লৈকো। মুংশা থিঞ্রেদা।

থম্বাল ৱাঙাঙ শাঙাঙশিং অতু তারগা শ্বাই শ্বাই লাউই। হৈনদে ঙরাংসু খনখি হয়েংদগী লাক্লরোই। ঙসিসু অম্লম খল্লি। অতুবু লাক্লিবসিনি।

—ইতৈমা ঐখোয়গীদি হায়গ্রবদি লোইরবনি ইথৱায়নবু তারবদি শেল তিংবা পাম্মু জাৎ নত্তে।

৪—অতুবুদি ঐখোয়সু মহা ওইরক্লিপোৎনি। নঙ তাদহোইনা অতুগৈ তৌখিবতুগা হায়রুরবদি—ইবুঙোহোয়দি তৌবু তৌমন্দে হায়রিবনি। ইঙ্গিৎতা তৌখিবদা লুকমাই অমা খুদক্তা শেল থিরিপোৎনি।

চনবা লোইদ্রিবা ফক্লাং অতুদা মখোঙ নাম্মা ঙাথরতুনা মোহোরি নহা অতুনা থবক শূরিবতু য়েংলতুনা পঙঙাঙতা ঙাঙই। অতৈদি হাজিরাগী থবক মশূ খঙলবা ঙাক্তনি। অতুবু থম্বালদি মীনা ৱা ঙাঙলক্কনি হায়বসিগী ঙৈহাক্তা পোথাদে।

মোহোরি নহা অতুনা মমীত্তু ফল্লপ ফল্লপ য়েংলতুনা হায়রকই, মহাক্কা ৱারী শারিবশিং অতুদা ওনশিল্লতুনা—

—ইতৈমা ! শূরিনি হায়দুনা হকচাং অসি পংৱা ৱাহনবস্তু ফত্তেদা।

১—ইবুংঙোহোইস্তু মদু খঙব্রনে ?

থম্বাল য়াওথৈডেদগী হন্দক মরক অসি ময়ামদু থবক খরা কোমলে, মোহোরি নহাদু মপূক মপাউ খংফ ফখরে। পঙঙাঙ ঙাঙ, পঙচৈ চৈরম্বদু খরা হনখ্রে : নহান মখৈদি বিড়ি মচৈ অমা ফাওবা লোইনা থকপা ফংজরমদবনি। মতাং চারে খল্লদুনা অহল ওইরপ তৌবীদুনা হায়রকই,

—অদুবু ইবুংঙো থবক অমা তৌবা তারবদি কানগী চৎনবী............।

—ইতৈমদি ওফিসারগী মৌকা ওইরবদি শেল লৌবকা হৈগ্রনিবো। করি তৌজো হায়বগে, থবক মঙ্গলবু ওইহনবীনি হায়রবদি !

—য়ে য়াম্না হায়জররোই চারা, বোড়ারা.........।

২—মতাং চারিঙৈসিদা ঐখোয় অমুক চাউহৌবা হায়দুনি।

—চা নত্তে শোয়বু শোয়বিরোই হায়রবদি—বোড়াস্তু কোংজগে।

মীৎকুপ অমত্তা পন্দে, মোহোরি নহাদু হোটেল পাংখি। ময়াম ফাগি তৌনহৌই।

—ইবেম্মা থম্বাল নঙ থবক্কা তোকলাকখিন্নুকো।

থম্বাল খুম্লিংবনা ঙক্লবনি অদুবু নোকফেৎতমক তৌই।

অমনা মখা তারকই—পৈশা খরা পায়রগা মীসি হেক্তা লৈবা য়াগনি খল্লিমাল্লে। শক অসিগা তুকতুম তুক্কচৈ।

হন্দক্তি থম্বালস্তু খুমলক্লে—ইচে লাল্লিবদি ঐনি, ঐনা সিদা লাক্লমত্রদবু মসি তাখিদ্রো ?

১—করিগীনো নঙনা অত্নক পঙলিবত্নবু ইবেম্মা। অসিগুম্বা চাউবংগী জাৎ, মুপী মমাঙ পাম্বোম তিংবশিং অসিদি থেম থেমত্নুনা চাথোক্লগা লোইরেদনা। হে হে মখোয়নবু করি তৌজ্ঞ ঙম্মি হায়গে। অরা লেম্নবা পঙঙাঙ ঙাঙবা হায়ত্নুনি। য়ুমদা তৌর চেঙ থুম থাউগী কোক শাবদা চীনবান কাথোকপা শংদে। সিদ ঙৈহাক লাঙবসি নত্তুনা কৈদা লাঙলুনি ?

মোহোরিত্নু লাক্লে।

—ময়াম লেঙলক্লো। শূত্নুনা ঙাক লৈবা হৌনদে।

ঙসিদি কয়াদা ফরবা !

পূম্নমক মথং মথং চঙলকই। হোটেলগী অঙাং অত্নুনা পুরক্লিবা চা অত্নু অমমম লোত্নুনা পায়। অত্নবু থম্বালদি লৈঙোই-পুঙ অত্নদা অত্নম ফয়্নি।

কৌরকই অমনা—ইবেম্মা নঙ ভাদগী মরলসি খরা চাথোকসি লাউহে।

—য়ারে ইনে, ঐ চাজররোই।

৫—তৌম্নুদা কৌখা বোড়ানি মচেৎ অমত্তা ওইরবস্নু য়েংউদা।

—ইচে পূক অসি য়াম্না মুংঙাইতে অত্নুননি।

মোহোরি নহাত্নুনা মখা শমথরকই—ইতৈমা মীনা চানিং-দ্রবদি হায়বিরুম্নু চারুরগা হু ওইনবনি।

—অত্নগী নত্তেদা হকচাং ঙমদত্নুনা তৌবনি।

—অত্নু ওইরগা হিদাক লৈজরুগে।

—লৈবিরুম্নু মরাইনা ফজগদবা জাৎনি।

মশাত্নু চরাম চদৎনৈ। মখোয়গী নোক-খেবা, ফাগি-জুগাই, থম্বাল চঙদে। লম্বী লমজাওদা কেনা নাম্না চংলিবা—মুপামচা মুপীমচাশিং, নোক খেত্নুনা শান্নরিবশিং অত্নু উরগা, ময়ুমদা

চাদ-থক্তা মাগী লম্বী য়েংহ্নুনা লৈরমগদবা মচাশিং নীংশিংলকই। মাগী মুপা উপাই লৈত্রবা অনাবহ্নু মমীত্তা উরকই। মহাক্না মফম অসিদা থবক য়াওরক্লিবসি মুমিৎ মঙানি শুরে। নোংমদা লুপা মঙা মঙা পাল্লি। অতৈদি তরুক্লি। অহুবু অনৌবনি থবক হৈহ্রি হায়হুনা মঙাতমক পাল্লি। লুপা কুনমঙাদি ফংনিংঙাই লৈরে।

৬—ইবেম্মা নঙবু নশা ঙমদ্রবরো ?

—ঙম্মিদা ইচে।

৬—করি তৌরুগবনো থোকঅবা অমা লাক্কনি, পঙখল খল্লুমুদা।

—ইচে ঐখোয়গী পৈশা অসি থাংজ ঙাইবা তারিবরা ?

৬—হোই ময়েক্কী হায়রবদি ঙাইবা তাইদনা। মীগীগুম্বা ঠিকাদার ওইরবদি নোংম-নোংমগী ওইরবসু মপীবা য়াবনি। নঙবু য়াম্না চিল্লব্রনে ?

—অঙাং অতোনবহু ঙরাংদগী মশা মৈমুক শাহৌই। চাকসু চাদে, মখোয় মপাগীসু লাই খুরুম্নি হায়হৌই ঙসি।

নাকন্দগী তমুবী চঙাশল্লকুনা ৱারী শাবা য়াঙরৈ।

৪—ইবেম্মা অহুগীদমক্তবু ৱাবা হৌনদে। নঙগী ফংনিংঙাই লুপা কুনমঙা লৈরবা নত্রো। নঙনবু হায়রবদি য়াগনি। মোহো-রিদা অমুক্তা হায়হুনা য়েংউদনা।

—ইকাইদা ইচে।

৪—করি তৌবগী ইকাইগদৌরিবনো শক্তা অসিদবু, নিবসু নত্তনা ? মী ওইরোই ইবেম্মা নঙ। নশক নত্তৌ হায়রা ৱাংশু নত্তবা ! নঙদৌনা তৌরদি ইচেহোইদি মোহোরি হায়য়ে, ঠিকাদারকাসি খুদোম্বীদা পুগদবনি। নঙনা ইকাইরগা ঐ হায়—নঙনবু হায়য়ু হায়রদি কুনমঙাতা নত্তে লুপা চাম্মা নখুবাক্তা থীহনগে।

থম্বাল মশা নীক্লে। খঙই মখোয়না হায়রিবশিংত্থু। থীগ্নে মথৈ খুমলসিরা খল্লি। অত্থবু মশাত্থু ফাথরগা খুমলকই,

—ইচে ঐ মুপা পাম্নরিবা মুগীনি। করি থোকই হায়ত্থনা মীঙোন্দবু অত্থুক হায়জরুগদৌরিবনো? ইচে ঐ কয়া হৈনদে।

৪—ফৈদা ফৈদা নঙনা হায়বগী হায়বনি।

শাউরংননা চৎখি মুগীত্থু। থম্বাল মপূক্লিং চপ য়ুংনা লেপ্লে—শেন্দু মাঙগে মাঙজরসম্থু হয়েংদগীদি শুক্লাক লাক্লরোই। থবক শূনা শূনা—থল্লু খল্লুরগা প্রোক-প্রোক চাকই। তপথবা য়াদে।

ব্রা অমতা ঙাঙদে। কনাদস্থু হায়রম্বা তৌদনা থম্বালত্থু ময়ূমদা চৎখ্রে।

ময়ুম য়োরে অত্থবু অশাঙবত্থুদি নেম্বা লৈত্রি। মমা উবদা চেনশিল্লকই। কেজ ওইনজফম লৈতবনা তুশোম্নরুরবী, মচান্থুগী অতোম্বীত্থু মমা উবদা মপূক্লিং নৌরক্কুনা কপলকই। পূন্নমক্তু থৌ-ব্রা অমতা শাদে, থম্বাল।

—মাইবত্থু চৎখিবতা ঙাইরি। মুমিদাং লাক্কনি, খরা ঙন্না খুরুমসি হায়রম্মী। অঙাংত্থস্থু চাক লাম্নমালে কপ্পনা লোইরে। অঙাংগী করিমতস্থু থনমদে।

থম্বাল খুমদে ইমুঙলোমদা চঙখি।

—তারিবরা হায়রিসে, পোৎলমকাত্থু ঙল্লিঙৈদা লৈথোক-উরো।

—ঐবু কদাইদগী কোৎলু হায়রিনো? লৈয়ুদনা, নচা পোক্কনিদা খঙবা থাকউদনা মুপা নক্রো? নোং হেক ঙানবগা চাবগা থকপগা মীবু অশুক থিনা ওৎপদি। শিগে হায়রগা শিজখ্রো।

থম্বালগী মুপাদো মাগী মুপীদগী অসিগুম্বা রাহৈ অমুক্তস্থু তাখিদ্রি। মহাক্না হায়রিবত্থু চুমদবদি নত্তে। চহী অমা

ফাল্লিক্কদোরে। মহাক্না চাবগা তূম্বগা তৌহুনা নাহুনা লৈরকপা। শিনিংচিংতা জীব লৌরকপনি। লৈজরম্বা মাল চাং পূম্বস্থু লায়য়েংবদা চঙখ্রে। মপূক্লিং শুংশিনা খুমলকই— কুইররোই! কুইররোই! ননীং থুংদোবা। অহুবু ঐ শিথ্রবা তুংদা ঐ লৈবগী কান্নবহুস্থু খঙলক্কনি।

অহুক ভুজুংবা ৱাহৈশিং অহুবু চীন্দগী করম্না থোকখ্রিবনো! থবক শূফমদা হ্নায়রকপা অশাওবগী মৈ অদো মপুৱোইবগী মথক্তা হৈথখ্রে। করিনো হৌজিক তৌগদবা!

ফনা কুইনা মখোঙ মথুং শিং তিংথোক্লত্তুনা লময়ায়দা কপ্তুনা লৈথোক্লে। অস্থুম্না কপ্না মথৈ কপ্লমলগা—করি খল্লবনো খঙদে ফুক হৌগৎলকই। মচা স্থুপাহুবু কৌশিল্লগা ফিজিদগী লুপা অমা পুথোক্লগা পী।

—অঙাংগী করিনো অচাপোৎ অমা লৈরগা পীজরম্মু। অরেম্বহুনা নপাগী বিড়ি মপুন অমা লৈরকউ।

মসিতং হায়রম্লগা থম্বাল খাউ অমা পায়রগা থোকখ্রে। মমাগী মতৌহুদা মচাশিংহু ৱা অমতা ঙাঙদে, য়েংহুনা লৈহৌই।

কদাইদা! কৈদোবা চৎলিবা! খঙদে। হংবস্থু তৌদে। য়েংহুনা লৈহৌই থম্বালগী মপুরোইবা। মতম্বাক্তা ফম্লি পীক্লিবা মচান্নুপীহু, মচাগী য়েংশিনবিদবনা ফাৱবা মশমশিংহু নাল্ল-নাল্লহুনা মমীৎতা পি শিন্থরকই।

করিগীদমক মপানা পি শিন্থরিবা হায়বহুদি অঙাং অহুনা করম্না খঙলুগনি।

॥ ১৯৭০ ইং ॥

## ভী, আই, পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

॥ ফোঙলবা লাইরিকশিং ॥

**য়ুমলেম্বম ইবোমচা ঃ**

১। শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নছুম পোঙ্জেন শাবীগে (শৈরেং)
ইং ১৯৭৪ দা ষ্টেট কলা একাদেমীগী সাহিত্যগী মনা ফংখ্রবা।

**লমাবম বীরমণি ঃ**

২। চেক্লা পাইথ্রবদা (ৱারী মচা)
ইং ১৯৮৪ দা নেসনেল সাহিত্য একাদেমী অমসুং ষ্টেট কলা একাদেমী মনা ফংলবা।

৩। ৱাক্কী মচা ৱাক উরোক্কী মচা উরোক (ৱারী মচা)

**থাংজম ইবোপিশক ঃ**

৪। নোরোক পাতান পৃথিবী (শৈরেং)
ইং ১৯৮৬ তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী সাহিত্যগী মনা অমসুং ১৯৮৯ দা যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল ফংখ্রবা।

**এলাংবম নীলকান্ত সিংহ ঃ**

৫। তীর্থ যাত্রা (শৈরেং)
ইং ১৯৮৭ তা নেসনেল সাহিত্য একাদেমী মনা ফংলবা।

**নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ ঃ**

৬। মণিপুরী সাহিত্যদা অনোবা মীৎয়েং অমা
(মণিপুরী সাহিত্য অমসুং থিয়েটরগী নৈনবা ৱারেংশিং)

**নন্দ হৈক্রুজাম্বা ঃ**

৭। ঐগী মিং তাক্লিংদে ইম

## লম্বোবম বীরমণিগী অতৈ ল্যাইরিক

### চেক্লা পাইথ্রবদা

বারীমচা মাপলগী লাইরিক

ইং ১৯৮৪ দা সাহিত্য একাদেমী অমসুং

ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্ড ফংলবা।

মমল : লুপা ফুন।

### কাক্সী মচা কাক
### উরোক্সী মচা উরোক

বারীমচা ভৱানীথোইবী লাইরিক

মমল : লুপা তরাহুমদোই।



ফংফম

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,

পাউনা বজার।

পরিক বুক ষ্টোর,

পাউনা বজার।

ও, কে, ষ্টোর

পাউনা বজার।